উনমজবগী তারিখ- ২০।২।১৯৮৭

উনমজবা- লাইরিক মশিং ১২০০

কোংঙবা লাইরিকশিংগী মমিং :—

১। লৈহৌ—মোংহৌ ( অহানবা শরুক )

২। চিংউ—মোংদম্বা ( অনিশুবা শরুক )

৩। মিনাংকী থৌরম-থৌনি-মিংথৈ-লাইশোন পরিং
( অহুমশুবা শরুক )

---

ছাপা নয়া— কে. ডি. প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরি বার্কস, কৈয়াকোইথোংবা

# লৈহৌ-নোংহৌবা

হুঁং শিদবা মপুলেন্। হয়ি-হয়া-হায়ুম্ হায়না কোলোইনবা। হয়িনা পন্থৌ ইপানি, হয়ামা_পালেম্ ইমানি, হায়ুম্না নৌবা অঙাংনি। হয়ি শিদবা, হয়া লাইলেন্বীবু, কোয়ৌ মালেম থালাওনবা সৈথাজগে।

ইলম অহুম, খোংলম ভরেং, ইশা মাপল, মাইকৈ মরি, ভংতায় নিপাল, শিংথায় (সাথায়) ভমাগী ভক্কা লৈভেংবা, কুমশি মপাম খারগা নোংমৈ মহৈ য়ানবা, মালেমদা মরা তাদবা, শিদ-য়েন-নাদ-য়েনগী, তালা পামেন ওইরিবা।

অমাং মাইকৈদা সুমিংকী হৌরকফম মরু লৈতবনি। পালেম ইমাদি মাংশোক্তা লৈবান। মথা মাইকৈদা থাঙ (থাশি) মাইকৈ লৈতবনি। কম্মেন্দা লৈবা পীন্থৌ ইপাদি, শিবা নাইদবনি। (পন্থৌ ইপানা পালেম ইমাদা শিবনে, পালেম ইমানা নৌবা অঙাংদা থুমনে। মচানা মমাদা হিংবনে, মমানা মপাদা শিবনে)।

লাকপা (পোকপা) হনবা (শিবা) লিবজম-লিথুন অসিবু, অখোই-অহেন লংচেন থুরুপ থোবা তাইপংপান অসিদা, (অশাও থাম্বী কনচাউ য়েরা থোকনু, লমপাও ইথৌ লাংগনু, উমংশি হুইভক চংগনু, লৌশিং লাংচৈ লাংথাকনু, মিনম খুলৌ হৈগনু, সনাগী কাগোক লুপাগী কাগোক, লুপাক হাপুম মথুম হাংজো।

উনপি পুক্লিং মায়েল বাডি লিচুম ভবা, ভবা চাকভং শৌবা, অমাং শক লুভোং লৈবু, খাংপল মপোক থোইবা য়ানবী, লাংহে

তোলোকপিবু, হূ-শুম নিংবা, পাথুপ লৈনম পকপা, মাইপি থৌবাই তাকপা, য়াথং বাচুম শুবা, নাকোংনা তাবনি, খোংনা চৎলগা য়িংনা উবনি, থুংনা শুরগা খংবনি। ( ইপা ইপু শোন-শোন-শোনসিবা, পম্বৌবা মচাদা তাকপিবা লাইনিং-লাইশোন, মপুগী লিকলমবু কাউগনু )।

অমম-লৈসালোক্তা কে-কু লোংনা লৈশেম্নকপা, ইলম অহুম, খোংলম তরেৎ, ইশা মাপল, মাংলৈ মরি, শুংতায় মিপাল, শিংথায় তরাগা তরুক, পাকল ১০৮ বু থুংনা, থাপি সেনকোয়লেন অপাম্বদা স্না তোননৌ হুনবা, য়োইময়াই মালেম অতানবদা খোংতাবা, লোইতাম থাজ পাথংবদা সাফোংবা, কৌব্রুমা মিংথৈবা, মুং-পাম নাইবা লাইরিংথৌ লাইলেনবী অমিনা খোইরুনা ( খোইনা-লুনা ) মিতয়কপা, লিকলমদা চৎলগা, বাংখুলদা মরু হুনবা, অমদগী অহুম খোক্তা লাংবোনবা, অহুম্না অমা সাবোনবা, ময়োলদগী শাৎপনি। হৌবা লোইবা ঐগী মীগী নাইদবা, লাকপদা লোইনয়কপা, হনবদা শূখিগদবা, হিংলিবা মথৈ হিংদুনা লৈবা পোৎশকপু মশক থংদবা, মীগী থোক্লকপদদি বা তাংকম লৈবা, ঐগী থোক্লকপদদি বা তাংকম লৈতবা, মীবানা পিবুক থনবা, অমা পোখানকম লুইবা, কল্লক মিহৌ চাউবা, অনিংবনা ঐগী, চৎনবীনা মপানগী লুইবা, পংনা পানবা, খংনা-উনা, বাথল পোলেপকম লৈতবা, পোকতমদনা পোকপা, অথোই-অহেন তায়বা, অতালবদা পুবা পাবা, অময়দা পুয়া থুপ্না অতায় তাইপংপাদব্রি।

থুয়াই অমা লৈরবদি লৈজাই অমা. থুজং অমা লৈগনি।

লৈকাই অমা লৈরবদি সৈশক অমা, খুঙ্গং অমা লৈরবদি চৎনলোন অমা লৈগনি। সৈশক, চৎনলোন অমা লৈরবদি শকুম অমা লৈগনি। শকুম অমা লৈরবদি খুন্নাইগী ইনাৎ-ইয়োলনা থৌরমগী সৈশক, মিংথৈ লাইশোন তৌগনি। মৈনা বায় ভাংনা শম, মৈতৈ লিচৎকী শকুম মাংলমদে। পঙ্গৌ ইপানা পালেম ইমানা লেংদবা উলোং খিন্দুনা, লাইমিংথৌ লাইলেনবী অনিনা মোংবা মুমপুম ভিংমা (মৈনা) ইয়েক তরেং খায়না খুন্নাই অসিগী শিং মপাম খাম্বিয়ে। ইমা কৌবা অমা পোথানকম ওইছুনা, "হা"বা পোলোই মশিনগু ওইবা, ইনাৎকী লেংদবা ইশেং লেপ্পিয়ে।

"য়িনাৎকী থৌরম থৌনি মিংথৈ-লাইশোন পরিং কৌবা লাইলিক অসি মথংশিংবা (থেঙ্গা ইপু মাইচৌনা লায়েকপা খঙ্গী-য়ম্বা "নোংতঙ্গা পুয়া" অসিবু পানা-পুনা খঙ্গীরম্বা কোয়ৌ মোংমেম থক পাংথবা, থোইয়ুম লাইতিনকোন্দা তিনথবা, শক্রম নিকতাম (থাংমৈবন্দ), মাইস্নাম অঙাংজাও (খুম্রাকপম চিংখু), চোংথাম মেরামচা (মাগা মপাল লৌরেম্বম লৈকাই), বাংথেম তোলচৌ (খাগেমপল্লি)। অমহিকস্নুং তাইপং খুলথোকপিরিবা হুইদ্রোম মনি (ককুবা হুইদ্রোম লৈকাই), মুতুম বাবুধন (হৈরাংথোইথোং অহোংশাংবম লৈকাই) দা লৈবা অসিদগী লিক্লাং চোইনা তারম্বদগী লিকথুনজবনি। য়োইমস্নাই মালেম অঙাংলবনা তাইপং থৌরমখি। অমম লৈশানয়কপনা থোইয়ুম শিদবা লাইগী লিকলমনি। ইশাগী ইথৌ, ইনাৎকী ইলোম্না, থৌরম সৈশক, থৌনি মিংথৈ লাইশোন তৌগদবনি, হায়হুনা ঐবু পোকপা (য়েমবা) পঙ্গৌ ইপা (পুরকবা

মাকোলজাও) মা লাকোংউ হায়বা ময়াথংগী হৈনা ফুইন্দুনা, অমাংগী লৌবা সৈতথশিংনা, মীয়েক্তা উনমতহুনা লাকোংজবা অসিদা লিক্লাং চোইনা তারম্বদগী. সৈওই (শৈলেং) মাতৈ চাদবা. উমমগী অশোই-অচায়, অরান-অহুই খৈবিকপু, থ্বাই অমানা সৈলাং-শিনতাকপিহনা ফুংগী লাকোংদা, লমচিং মৈরা চাউবা থানবিয়্ হায়না, অমাগী থাদা হজা হমা পুনেমজবি। হয়্রি-হয়া-হায়ুর্ন।"

লাকোংজবা—

১। পুপ্রম্বম কালা মোইবাংচা,
চিংতামথা কোযাল লৈমক, ময়াই লৈকাই।

২। হুইত্রোং মনি মতাংচা,
কক্‌বা মনিং হুইত্রোম লৈকাই।

৩। মুতুম থাবুথন মতাংচা,
হৈলাংথোইথোং অহোংশাংবম লৈকাই।

৪। মুয়াম পিরিথন মতাংচা,
শিংজমৈ মথা ওইনাম থিংরেন।



# লিকলম তাকপা

---

থৌলাংজরবা কোংগদবা লাইচিকশিং

১। পাথংবা ম্নাংবা নাওয়োম।

২ লাইনিং থুম।

৩। উপ্রি কোলোই।

৪। মুমিং চায়োল ভরেংকী ভাইপা চিকলম।

অসিমক্তিবা থবা।

ইমাংকী থৌরম্ ঐথোয়বা থ্বায় তরাগী থোগাল তৌজবি।

# ইনাংকী মিংথৈ-লাইশোন্

১। অঙাং পোকপগী অহানবা ইনাংকী মিংথৈ পিববা লাইশোন।

হুঁং-কো ম্না মপুলেন থৈহেলোম শিদবা,
হন্নিনা পঙ্খো ইপানি,
হুয়ানা পালেম ইমানি।

থৌরম লিথুন— নৌস্কা অঙাং অহুনা মুপা ওইরবদি পঙ্খো মপানা, য়েংথংবা খুংতাং পাইহনা, য়েংথংবা নাকোং মখুন্দগী হোৌনা মিংথৈ-লাইশোন অসি শোল্লগা, ওইথংবা নাকোংদা লোইরম্মী। মুপী ওইরবদি লিকলম অসি ওম্ন-তৈনগনি অহুগা ইমুংঙানলগা অঙাংগী ফিরোল শুবদি, ফিরোলশিং অহু হান্না উরুক্তা (খুদেং) হাপ্লগা, লাইজ ঊশিংনা কোননা হৈহনা তুনরম্মী। মচুম অহু তু-খোংদা থৈদোক্লরএদে। মকম চাবা য়েংহনা থৈদোক্লরম্মী। হায়রিবা অসি শোইরবদি অঙাং অতুগী তুংদা অকায়বা মরম লৈ হায়হনা ইবীরম্মী। অঙাংগী অহানবা মিংথা (নাউকোন কি) অহু অঙাং অতুগী তুংদা কায়বা মরম লৈ হায়হনা চেকশিন্না থম্মরম্মী।

২। থোরলি শিংচিননবা মিংথৈ-লাইশোন।

মুপা ওইরগা। চাপুংপা কোন ··· (৭)।
মুপী ওইরগা। চাপুংপি কোন ··· (৭)।

থৌরম লিথুন— থোরলি অহু মাইবীনা মখুংনা পাইহনা, মিংথৈ-লাইশোন অসি শোন্দুনা, মতোন্দগী হোৌনা মশারোমদা হাংবা শিংতি-রম্মী।

৩। খোয়লি করুনবা মিংথৈ-লাইশোন।

সামু—কক্—কক্—লি—লি—কক্—কক্।

খৌরম লিখুব— উতংগী বানা শাবা বাকখৌদা, মিংথৈ লাই-শোন অসি শোন্দুনা, মশাদগী খুদোল অনি তাইরোম থমলগা, মাইবীনা খোয়লি অছু বাকখৌ অছুনা করুরম্মী।

থাংজ চুমিত্তা পোকপা অঙাংগী বাকখৌ, কেনলকপা খোয়লি মথাক, "অত্তৈগীনু" কায়বা মরম লৈ হায়চুনা ইবীরম্মী।

৪। ইরু-সাত্তেংনবা মাহায়লোন মিংথৈ লাইশোন।

হা—উং—হা—য়েং,
কোংপা তুলেন-ইলিন তুলেন,
তুলেন অচৌবা-লমপুন তুলেন,
তাবয়েন-লমকেন,
ইকোপ ( ইকোক )-লোকতাক,
ইঙৌলোক-চুংচে (চুংকম) কোন ইপুবী,
লাইজ ঈশিং ইলুবীনা,
নৌবাবু ইরু-সাত্তেংলে।
তিনকোক'সে-লাইকোক'সে,
তিনশেংলে-লাইশেংলে।
পায়রে-ভায়রে-শেংনবে,
হা—উং—হা—য়েং।

খৌরম লিখুব— ইনাংকী হৌনবী মচুইয়া ইকম পুল্লা লুয়বা

ঈশিং অতুদা নাহারলোন খিংথৈ-লাইশোন অসি শোন্দুনা মাইথীনা অতাং অতু উরুক্তা (খুদেংদা) ইরু-সাতেংনরম্মী।

৫। ইরু—সাতেংবা লোইরগা অতাং চোংনবা লাইলোন।

তিঙ—তিঙ চাউরো,
থাপিনা কারিটৈ কাহৌরো।
হুমিংনা বাংলিটৈ বাংহৌরো,
থাবা চাউরিটৈ চাংহৌরো।
চাউরো শাংতো।
ইপা মচুম তারো,
ইমা মচুম তারো।
চাউরো শাংতো।

হো নৌবা অতাং'সে,
সাপম লমথোক্লে,
কোংপা লম—য়েংলে।
ইপা ইপুগী হৈমা তুংইনলগে,
হায়রে—হায়রে—হায়রে।

থৌরম লিথুন— অতাং অতু ইরু—সাতেংবা লোইরগা, মচুম তৈথোক্তনা মাইথীনা লাইলোন পাউলো অসি শক্তুনা চোংনরম্মী।

৬। মাউরুম (পোংশি-পোংলোই) মালেম লৈলোন চননবা খিংথৈ লাইশোন।

হুঁং—ঝিং—নিং—ঝিং—নিং,

মালেম কৈলেংখ্রানবী পালেম ইমা ইথেম্মা, অহিংথেবু হিংনববা য়েমনিং হুমবী মালেম লৈমা, তাইপং মাউ-য়োক-নাউকোনবী পালেম ইমা। নৌবা অঙাং অসিগী, নহাল অমর-লোক্তা লৈশামররকপা নাউকম-নাউয়োম (য়েনখু-য়েম্রখাক) খোয়লি লিনশাং, পোংশি-পোংলোই থৈবিক অসিবু পালেম ইমানা, পম্থৌ পিখোয়লেন, পালেম পিখোইলেন য়োত্রিবা কাওবা, চয়ৈ কিচি কিশি পাকৈন্দুনা চুকক্তা চেংনা মালেম লৈলোমখুংদা থম্মীয়ু। নৌবা অঙাং অসিগী লাংকম মতাং অতেনবা, মরক-মহাদা, পম্থৌ মত্তনা পম্থৌ-শা, পালেম নত্তনা পালেম-শা, খোমলেম মং কাওনহনবীগনু। ইমা নহাকী নকায়-ফমদা, নৌবাবু নাউথৌবা পম্থৌ মপা লোকমাবা, পালেম মমা পোকমাবীনা, খুংফাং তরামক লোম্না চেপ্পা নোননা, মালেম থৌ:লৈ লৈপাইনা পুনেমজে।

থৌরম লিখুন— অঙাং অহুগী পোংশি-পোংলোই থৈবিক অহু ইনাংকী হোনবী মতুংইমা লোইনা চক্থু অমগী মখুংদা হাপচিন্নরম্মী। নৌবা অঙাং অহুনা নুপা ওইরগা খোংবা মাগী মরানম্বাই য়েনখা, খা থংবা দারি মথক্তা, নুপী ওইরগা য়েনখা, অবাংথংবগী দারি মথক্তা চক্থু অহু চনম্লবা, কোইনা খুবোম অমদগী লুখদনা অমতুং বাত্তনা মালেম লৈমাই লৈত্তৌরগ', কোম অহুগী মখুংদা হোনবী মতুংইন্না, উচান মৈরা থাবনা, ঝিংথৈ-লাইশোন অসি শোন্দুনা চক্থু অহু মালেম লৈলোম চন্দুনা কুম্নরম্মী।

৭। খৌবমগী নাহারোলোম মিংথৈ-লাইশোন।

হা—উং—হা—য়েং,
ভেংপানবগী মপু ইপুংঙো অপোকপা,
পোকলেম পোকপা-সাংলেম শাংপা,
ইপুংঙোগী মমা মরাখংবা,
ইচেল লাইজ ইলুবী ওইরগা,
পাখংবগী ইকোন্দা.
ইশেং ইরু ওইনা তুংলগা,
লাইগী নাহার তাইলেম্মা ( ভালাইনা ),
পুংফায়না শিঙ্গরকপা মঙমদা,
ভাইপং ফুলুপ ( মরুপ) খৈবিকী,
য়াইক খৌবম লাকপদা,
ইশেং ইচুম ইলিকপু,
মকম থুদিং লৈভারগা,
অমাং-অশোয় কত্তবা,
মরিল শিংনা কোকনি।
লাইয়ামশিংনা সাজ থালেপথিবা,
শিন-য়াখং ইচেলনি।
ডিনলৈরগনো—লাইলৈরগনো,
ডিনকোক'সে—লাইকোক'সে,
ডিনশেংলে—লাইশেংলে.
শিদবা মপুগী য়াখংনি।

হরি—হয়া—হায়ুম ।

থোরম লিখুন— থৌনি মিংথৈ লাইশোন হৌড্রিথৈগী মমাংদা লাইগী পোৎ-চৈ, অথেবপোৎমচিংবা লাংবা থৈবিক, অমহিকন্থুং থোরম থৌনি শিন্থাগী মী, মশাগী শেংদোকপা, য়ুমশেংবা, অনম-অহা চুবা অসিনচিংবা থৈবিক্তা, নাহায়রোন মিংথৈ লাইশোন অসি শোন্দুনা, মাহাক্ন লাইজবু, লাইগী ওইবা ভাইলেন—পুংফাইনা মঅগা মশা মশাগী ( শাগৈ-ইয়েক-সালাইগী ) মাহাক্ন পোৎলম্না লাইফ খিককেম্বদুনা শেংদোক্লম্মী । ( মসিনা ইনাংকী থোরম থুদিংমক্তা অহানবা ওইনা চৎমরম্মী ) ।

৮। য়ুপাল (ইপাল) থাবগী অয়ুক্কী মিংথৈ-লাইশোন ।

নৌবা অঙাংগী সামু হকচাং ( হকচাক ) কয়াৎথুংদা চেমবীখিবা খা-থোং, লাইথোং, মলোং-থোং, য়াইপি-থোং, লৈমং-থোং, থম্বাল-থোং, অচৌ-থোং, ভরেৎমকপু ইরম থোংলম চুমহনবীদুনা নৌবা অঙাং অসিবু নাদ-য়েক্কবা, পুন্সি মথোই হেনবা, থুংঙাই য়াইপি মবাং কাইবা, লৌশিং লৈবা চাউমা থানবা, মীথোই মীহেনবা, পুন্সি থুংশাংবা, ভোমলোই মহৈ য়ানবা পিনবীয়ু হায়না, নৌবা অঙাংবু মাউনৌবা পম্থৌ মপা পোকমাবা, পালেম মমা পোকমাবীনা, মঙাং শিদবা, লুবাং শিদবা, থুমন শিদবা, মপু অছম্মক্তা লুকলেন অহুম, সংলৌ য়েনশাং, তারম ৭, হৈপিমন, লফু লাকং, মনা মশিংমা গুবা শিংজু, ফৌতাং কৌ লাইতং অথনবা, মৈতৈথুম কাকুপ, তাখা পরেং অচুম্বা, থোংনেৎ শেল, থোইচু-লাইথাম মৈথু ভোন্নোক্প,

মেক্রুক কমপি থৈথু থু, পোলোই মশিলগু থাম্বী থৈরা থানবা লাংজরগা, ইমা মহাক্কী নকায়কমদা পুনেংজরি।

থৌরম লিথুন— ইনাংকী চৌনবী মতুংইন্না, মমাংথোং খোংচিল মরাদা, মালেম লৈমাই বাই থৈগদবা, মকম চানা চানা পোৎশিং অমু য়াংকোক্কা চাপ্লুনা থম্লরম্মী। কৌতাং অচুনা মাংশোকী দাথি মচিন্দা থম্লরম্মী। অদুগা অড়াং অমু মাইবীনা পমহুনা মিংথৈ লাইশোন অসি শোম্লরম্মী। অসি লোইরবগী মতুংদা অঙাং অমুবু "ইপা ইপু চাকনে চারো। মম—মম—কুক—কুক—কুক" হায়রহুনা য়াংকোক্কী পোৎ অমগা মঙাংক হন্না, মাইবীনা চিন্দমহুনা মুপাল থানরম্মী।

১। কোনখোং বাংমদা মপাল লাইদা লোইপোৎ লাংনবা মিংথৈ লাইশোন।

লমমাবা—তুমাবা, লমশেনবা—তুশেনবা, লৈলক সাথোবা, খোংপাল—লাল্লমপা, য়েনবা পাউতাবা, সাইচিন পোলিবা, হুমতং য়াইওইবা, য়াংপা সাথোবা, সা—নিংথৌগী মচা, নথোয় পুন্নমক্তা ইপুথৌ অচুম্বক্তা লাংলবা লুকলেন অসি অমুক হন্না লাংজিনবনি। নোবা অঙাং অসিগী লাকদবা মরক-মহাগী লাংকন মতাং অতেনবদা, ফিনমু-লাইমু কত্তবা থৈবিকপু, ঙাকথোকপিহুনা নোবা অঙাং অসিবু য়াইকখোইবু পিনবীমু হায়না, ঙাইপংচানা খোইমুম লাই-বামগী নকম্লাংদা পুনেমথৈ।

থৌরম লিথুন— মাইবীনা মিংথৈ-লাইশোন অসি শোন্দুনা

কোনথোং মপালদা, য়াংকোক্কী পোৎচৈ পুম্নমক থাদোক্লম্মী।
হল্লকপা অতাং অহু য়াংকোক্তা হাপতুনা, কুপ্পাদা থাম্মী মৈ হোৎনা,
(নচা লৌগেরা, য়াংকোক লৌগেরা হায়দুনা), থাম্মী মৈঙক্লম্মী।
ময়ানা মচা (ইচা) লৌপে হায়দুনা লৌখি।

( অচুপা অসাইগী লৈহৌবা খুপাল থাবগী পোৎলমখিং অদুনা,
পেনজাবা তরেৎকী পেনকুমুংদা, লেমলৈ ভানা লেমলৈ ভাক্লককোম্দা,
খুবনা লোইমু থুবকুমুংদা, কৌ অম্না লোইমোম কৌকৈমুংবা, লৌবা
মাঙাং অচুগী য়াইকনবা, যোংবা যাম্মী মরান যাইদা থম্লম্মী )।

( মিংথৈ লাইশোন অসিনা, ওয়া চাক চাববা, লমলক্তা চাক
থোংদুনা চাবা, কুমওনগী চাক পিজবা, লু-হোংবগী চাকৌবা, অহোক
অসা থাবা, সাচিকুগী চাক থাবনচিংবা, ইনাংকী থৌরম কয়াদা,
মকম থংবা, মরম চানা শিজিন্নরম্মী )।

১০। খুপাল থাবগী ভুমিদাংগী ( মংশোক ) মাঙোলগী লাইলিক।

চিংগু-নোংদম্বা ( অনিগুবা শকক ) কৌনা, হৌখিবা তাং
... ১২।৮৫ ইদা, থৌপুবনা অমা থাদা লাকোংজখ্রে।

১১। ইলাংকুদা ( ইসায়কু ) ইতুংনবা মিংথৈ-লাইশোন।

হা—উং—হা—রেং, কোংপা তুলেন, ইশিন তুলেন, তুলেন
অচৌবা ( ইমকম তুলেন), তাকয়েন, লমকেন, ইকোপ, লোকতাক,
ইকৌলোক, খুংচেংকোম ইপুথীনচিংবা, ইলাংকুদা ইতুংখীরবো।
মাইক মিংহে সানথৈখীদুনা তামখীরবো। তাইপংচানবু পুনেমক্তৈ।
(তাং—ফুক—ফুক—ফুক)।

থৌরম লিখুম— ইনাংকী থৌরমগী ইলাংফু ইলাংপদা, মানৌ মনা অহুম পাথুপ নাংনা লোংনা থেক্লগা, পেন্নানা লেংহুনা, লোংনা ইলাংফু মঙক ঙকচেংদা, ফুন্দা মুংতুম শানা পুন্নরম্মী। মালেম লৈমাইদা মামনা লৈশেমলোন পাক্কা য়েক্লরম্মী। মতোন্দা মানৌ থেংপা, তেনথৈ মঙং মানবা (শাবা) চুক মরিনা, কৌক্রু, থাংজিং, মৈরম, চিংথৈ, চিথেক মারগী মালেমদা চুক হুংনরম্মী। কৌক্রুদগী হৌনা, লোইনা, চুকশিং অহু লংচা লংহিং তরেংনা কোয়না য়েংনরম্মী। অনুম গায়না তৌরবা মনুং অহুদা, কৌথা থাহুনা ইলাংফু অহু থিন্দুনা থম্নরম্মী। থৌরমগী মফম মতমগী মতুংইন্না মপুগী তাংবল থানরম্মী। থৌরম থৌরমগী লাই—তিন থৌনিবদা, লাইনিং খুদা মশক থংনা, (শাগৈ—ইয়েক—সালাইগী), অমতা ওইবা হৌনবী মতুংইন্না কন্নরম্মী। অহুগা মিংথৈ লাইশোন অসি শোন্নরম্মী।

(মিংথৈ-লাইশোনগী, মথৈগী "হুং—কুক্—কুক্—কুক্" হায়বা লাইশোন অসিদি, থৌরম মশক থংনা শোন্নরম্মী)।

১২। লাইবু লাইলোননা শেংনবা মিংথৈ-লাইশোন।

তেংপানবা ওইথৈদা, অশেংবনি হায়দুনা লাইজবু ঈশিং হায়দা কৌনখি। ঈশিংবু ইলুবী চায়মন্থ থংনখি। লাইগী ফুলুপ থৈবিক্লা ইপুখৌদি পাখংবা, তাইপং চিঙাক লোমদনা, হাইগ্রবা শেংগ্রবা, মহাউ থৌবক্লা লৈতেংলবা, অপোইবা ঈশিংনি হায়দুনা তাইপংচাদা পাঙতোকপিখি। তাইপংচাগী ইলাং থৌরম লাংবদা মুংচেং(মুংকম) ইকোন্দগী লাইজ ইশেংনা চাইথরবা মঙদা, কুন্ডবা-খাওদিবা থৈ-

বিকপু মাংগনি। ভিনকোক-লাইকোক, ভিনশেং-লাইশেং ওইগনি হায়বা খোইয়ুম লাইয়াম খৈবিক্লা ব'লেপ্পখিবা সালি শিন য়াবং ইচেলনি। ইলাং থোরম তৌজরি। মকম অসিদা লেংখীরকলো। য়াইক মিংয়েং সানখৈখীহন ভানখীরবো। ভাইপংচানবু পুনেমজে। (হুঁং—কুক—কুক—কুক)।

থোরম লিখুন— মিংথৈ-লাইশোন অসি শোনবা লোইরগা, ইলাংকুদা ঈশিং অহুমক ৩:১ হৈবদা থ্বাংজগ য়োনবা হৈনরম্মী।

১৩। কোরৌহনবা (মুমিং) থোনিনবা মিংথৈ-লাইশোন।

হুঁং কোরৌ শিনবা, সমহুলং য়োইময়াই মালেম ময়া ভবৌবা, ভংলেন য়ুংজেমচা মকোয় অহানবা, য়াইপিলেন শিদবা, য়ারা কে মখাং-সাদগী, নমু পোংথোক মথংলেম্না খেম তয়কপা লাইরিংথৌ। ভসি, হৈয়েং, হংচিং, মসেম, মরৌ, মকাপ, মসিং, মুমিং চায়োল তরেৎমকপু, মোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈপাকপোকপা, য়ুমশাকৈসা, শাগোলসেন, ইরাই, খাংচনচিংখবু পোকপিরিবা। অণ্ড, অতাক, অথং, মনম, মহাউ, পুক্লিং, খাখল, তরেৎনচিংখবু পাউভাকপিরিবা। মালেম লাংচখৈ য়োইময়াই তাউভনবা, মভাং লুবাং থুমন হায়না ভসি, ভরাং, নাকাল, মিংলেন হুনবা, মৈ, ঈশিং, মুংশিং মিংহুমবা, অচিক-অশা, অমম অভান থায়না ভাইপং মালেম শিম্নাখীরিবা। ইলাং থোরম তৌজরি। মকম অসিদা লেংখীরকলো। য়াইক মিংয়েং সানখৈখীহনা ভানখীররে। ভাইপংচানবু পুনেমজে। (হুঁং—কুক—কুক—কুক)।

থৌরম লিথুন— মিংথৈ-লাইশোন অসি শোনবা মেক লোইবগা ইমাংকী থৌরমগী হৌনবী মতুংইন্না ( থৌনিনবা, পুনেন্নবা মিংথৈ-লাইশোন ) খুদিংগী ওইনা, চেং, থোইদিং, তিংথৌ, লৈতেনচিংবা খরা খরা লাংথুনা, চাশিং খরা খরা হৈনরগনী।

১৪.। অহাংবা ( অতিংঙা ) থৌনিনবা মিংথৈ-লাইশোন।

চুং অতিংঙা, অতিংকোক, অতিংখম, অতিন্না, তাঙ্গকো'লেন থাম্বী নোংথৌ নোংসাবা, অয়েং বাংগন অঙাম্বা, অতিন্না কৌবা সনতলং অহাংবা। ইলাং থৌরম তৌজরি। মকম অসিদা লেংবীরকলো। য়াইক মিৎয়েং সানথৈবীথুনা ঙানবীরক্লো। তাইপংচানবু পুনেমজে। ( চুং—কুক—কুক—কুক )।

১৫। থাম্বী ( কামপি ) মৈ থৌনিনবা মিংথৈ-লাইশোন।

চুং থাম্বী মৈ কৌবা অহাংবা তলংদা থোক্লকপা নোংসাবা, অক—ফত্ত খৈবিকপু চাকয়িবা, বায়েল কাতি লিচুম শুবা, ঐগী মীগী নাহদবা থাম্বীলেন অথোইবা, নশেক-মঙাল নিংথিবা, থাম্বী মৈথলেং অরাবা, অমম-অঙাম, তাইপং শিন্থাবীরিবা। ইলাং থৌরম তৌজরি। মকম অসিদা লেংবীরকলো। য়াইক মিৎয়েং সানথৈবীথুনা ঙানবীর্রক্লো। তাইপংচানবু পুনেমজে।

( চুং—কুক—কুক—কুক )।

১৬। লাইজ ঔশিং থৌনিনবা মিংথৈ-লাইশোন।

চুং লাইজ অ—মু—বা নোংথৌ ঔলিকলেন নোংসাবা, তলং

থক্তা শিস্থাবী, ইলিক—ইলু—ইশেং, ইকা—ইমেন ওইরিবী, মহিদগী অথোইবী ( অহেনবী )। অচম্বা, অথুম্বা, অথাবা, অয়াকপা, অশিনবা, অককপা, ওইনম্বা মহাক্ত তরেৎনা লৈজেংবী। মহাক্ত থৈবিক্তী ইতুংনকম ওইরিবী, তাইপং-মালেমগী অচৎ-চত্ত, লেংলি-পানলিবা, অক-কত্ত থৈবিকপু ইয়োক—ইশেংপিজী। ইলাৎ থোরম তৌজরি। মকম অসিদা লেংবীরকলো। য়াইক মিংয়েং সানথৈ-বীহুনা তানবীররো। তাইপংচানবু পুনেমজৈ। ( হুঁং—কুক—কুক—কুক )।

১৭। মালং নোংশিং থৌনিনবা মিংথৈ লাইশোন।

হুঁং মালং নোংশিং লাইয়িংথৌ হানবা। তাইপংগী অচৎ চত্ত, লেংলি—পানলিবা থৈবিক্ত, মালেমদা শকউ—মাইদবা। তাইপংমেনগী থৌবাই হুমলিবা, মালং নোংশিং মামিবা, হুমলেন-হামলেন ওইহুনা তাইপংবু লেংলি হিংলিবা। হামলেন হানসো-লেন বাত্তবা, বাবনা ক্রে মমুং ইমুংলেন ওইরিবা। লেংপানবদা শিংলি-হুমলিবা, তাইপংপান্দা অচিক—অশা থায়না হুমনা নাউ-য়োকপা। ইলাৎ থোরম তৌজরি। মকম অসিদা লেংবীরকলো। য়াইক মিংয়েং সানথৈবীহুনা তানবীররো। তাইপংচানবু পুনেমজৈ। ( হুঁং-কুক-কুক-কুক )।

১৮। মালেম লৈপাক থৌনিনবা মিংথৈ-লাইশোন।

হুঁং মালেম লৈপাক লৈমা, মালেম লৈলেমহানবী, অহিংবু হিংবগী য়েনবিং হুনবী। মালেম লৈলোন তরেৎ, নোংলোন

মাপলমক্তা নোংসাবী, অচৎ-চন্ত, লেংলি-পানলিবা থৈবিকপু তাইপং চুককাবী, নাউয়োক-নাউকোনবী ইতুংনকমবু ওইরিবী, অক-কন্ত থৈবকপু য়োকলিবী। ইলাং থোরম তৌজরি। মকম অসিদা লেংবীরকলো। য়াইফ মিংয়েং সানথৈবীভুনা ভানবীররো। তাইপংচানবু পুনেমজৈ। (হুঁং—কুক—কুক—কুক)।

১৯। তাইপং মপু থৌনিনবা মিংথৈ-লাইশোন।

হুঁং অতিংকোক. তাঙ্গকো'লেন মরু শিদবা। য়াইপি য়েন-চৌথৈদা অমম-লৈশানরকপা থে লে কুংগুম তগুপ হৌ, লাংপন থোইমু থোনতাম্নবা, মালেম লৈশিলকী তোন-নিংথৌ, স্না কোমকু-লেন য়াই মরু শিদবা। য়াইপি মুংতো মরা অচেৎপা, পোইতিংঙু নোংথাং তলংলেন, তাইপং ইপোক চা-কোকপা, থৌরাই য়াই-পিলেন শিদবা। ইলাং থোরম তৌজরি। মকম অসিদা লেংবী-রকলো। য়াইফ মিংয়েং সানথৈবীভুনা ভানবীররো। তাইপংচানবু পুনেমজৈ। (হুঁং—কুক—কুক—কুক)।

২০। মাইকৈ-শুংতায় ভাকপা লাইশিং থৌনিনবা মিংথৈ-লাইশোন।

হুঁং অরাং কৌক্র অতুপ্না, য়োইরয়াই মালেম পোইলৈ থুনতা অহানবা, নোংথলৈ মউ লিংবা, সালি মপাল থাবা, থা তরুক ইথাবা, থা তরুক উরগুংবা (উনইবা), মালং নোংশিং সাহৌকম, লাইয়াম থৈবিকী থুনতিরকন ওইরিবা। লাইজ তুলেন, ইমায় থৈরিবা। ইতো হংথোং লোনবা, ইমু হংথোং-হংচৈ থিংবা ( চাংথিন্নবা ),

সালাই শাখোং ঠৌবা, লেমলৈ ভাখোং লোমবা। মমু-পোংখোকলেন অপানবা, চিংচ্ছু খোংকাং চাউববু পুনেমক্কৈ। (হুঁং-কুক-কুক-কুক)॥

হুঁং থাংচিং কোইলেন ( কোকলেন ) লাচ, তাইপং মালেমগী অচৎ-চক্ত, লেংলি-পানলিবা থৈবিকপু চিংনা থাংমা পুবিরিবা ( য়াই-থুলেন ), তাইপং খুম্বোক খোইযুম বায়েল লিচুং শুবা, তাইপং-মালেম অনেম্বু মচু-মমেন-মঙালনা অসংবা ওইরিববু পুনেমক্কৈ। ( হুঁং—কুক—কুক—কুক )।

হুঁং শানা চাউবা বাংবলেন ইথৈ নিংথৌ, থুমন্থং তুপি বাংপু-রেনবু পুনেমক্কৈ। ( হুঁং—কুক—কুক—কুক )।

হুঁং পনম নিংথৌ তায়ঙমলেনবা মৈরম মৈহৌবা, তাইপং থমন্থং শিংকক ইহুল খোইযুম পাউতাকপবু পুনেমক্কৈ।

( হুঁং—কুক—কুক—কুক )।

হুঁং নোংমদোল লাইলেন সংলৈতোব পাথংবা। চিংথৈ য়াইফুলেন, লিথুপ অহুরা, কংলা মেনবু চুকালি পাইহুবা, তাইপং-মালেমগী খোইযুম শিপাবীরিববু পুনেমক্কৈ। (হুঁং—কুক—কুক—কুক)।

হুঁং মাবচিং বাংলেন অমাইবা। থমন্থং য়াইপি মালেম লাংচথৈ, কোরো নোংথৌথক্ক, ভনং হিলেন হোনবা বাংকোইলেনবু পুনেমক্কৈ। ( হুঁং—কুক—কুক—কুক )।

হুঁং নোংচুপ লোইয়ালাকপা সালৈখেম্বু পুনেমক্কৈ।

( হুঁং—কুক—কুক—কুক )।

হুঁং নোংপোক চোথে-লাকপা। তাইপং মালং হন্মোইববু পুনেমক্কৈ। ( হুঁং—কুক—কুক—কুক )।

২১। খোইয়ুম লাইয়ামশিং থৌনিনবা মিংথৈ-লাইশোন।

হুঁং শিদবা, মালেম নৈলেনোন তরেং, নোংলোন মাপলমকী মাইকৈ, শুংতায় ( লাকয়েন ) চুকবা ওইরবীবা, কুমগী শোংবু কুমতম-কুমথায়বিরীবা, মাইকৈ তাকপা অথোইবা, শুংতায়-লাকয়েন পুবা অহেনবা, খোইয়ুম লেংবা তিনবীরিবা। ওসি কোয়ৌ-নোং, থাপি চেংচেন্দবা, থাপা লাংনংদবা, থাগী-পানবা-কোনবা-মুমিত্তা, শাগৈ-ইয়েক-সালাই, মমিং-কৌবা-কৌবী, নৌবা অতাং অসিবু নাদ-মেক্তবা, পুন্সি মথোই হেনবা, পক্কৌ পিথোয়নেন, পালেম পিথোইন-লেন য়োনা, পুন্সি মুংশাংবা, লৌশিং মৈবা চাউনা থানবা, মুংতাই ম্লাইপি মমাং কাইবা পিনবীয়ু হায়না, চিংঙ্বা খোইয়ুম লাইয়ামশিংগী মকম্লাংদা তাকপংচানবু পুনেমনৈ।

থৌরম লিথূন— ইনাংকী ইলাংক্ষু য়াওবা থৌরম থুনিংমক্তা, মথক্কী মিংথৈ-লাইশোন অসি শোয়নম্মী।

২২। য়ুগাল (বাংকোন) লাইলেমবী থৌনিনবা মিংথৈ-লাইশোন।

হে য়ুগাল লাইলেমবী পিংথাইবী অসেম্বী. থোংতায়বী অশাম্বী অনৈম্বু-অহুমগু, বাংকোন শংলেন তায়রিবী, তক্কা কোনবৈ অতাম্বী, ইগী য়ুগাল থারিবী, নোংথনৈ লিক্লাং চালম মক্ট লিংলিবী, ইপোকপি-ইগাবী ঈলিকনৈয়া, ঈলিকলেন চিলিকথোম্বী, ননক্ক-তাকহেন নাইদনা থোজাল য়োইতম কবী, থুনপি সালাই হানপি মহাক্লা, খোমথাইদমিদৈদগী, পালেম শিংয়োম-মুংদা, খোইচি মিতম হুনমা, হৈয়েন লৌবুক্তা লাংথাকপি, মা লৌবুক্তা লাংকায়বী, ইলিক-ইথাম্বী, খোইমোম লাইগী মপোক অথোইবী, উনপি পুক্কে

মাংলবা, চাকথোম খাম্বী থৈত্রেং অয়াবা, সনা থৈপুন শুবী, কঙে নোংথাং চুকশেল্লবী, তরুকা লাংশোক (লামশোক) তোঙ্লোক থৈবী, তাংক লিনহা তোংকোনবৰু থুাংশেংনবী, লংমাইলংবী, চিংঙাউ সাবু পাম্বা থৈকেন তোংবী, অত্নৌবা শাপেংল কাইতোংবী থিঙ-লোই মপালথক্তা খুরুপ মপান চৌবৰু, লংকোয় খোংবুল নাইদবী মোংসা শাদনা কৌ কংবী, মোং চুদনা স ইচোংপি, কৌ কৌদনা চেং কংবৰু, কংলৈপুং কানিকপি, নোংলেন ইশো লাংদবী, তরুকা কোয়ৌ অৱাংবী, কোয়ৌ নোংথৌ অমাইবী নোংমদোল থৈমা আপালথোইবী, কোয়ৌ নোংখোলেন মপু অতিংঙা শিনবা নোং-লেনলেনবৰু লাইকল্লবী, অহুডৈ, সালাইলেন শিদবনা কাউলেন শনবু ওন্দুনা লাকপদা, কাব্রংগী লংলম হৱেংনা তাবা খোয় কোনকোয় য়াইওইবনা, মালেমদা মাচুক চুকলেন থৈত্নুনা কাউলেন মাবু সাকাবী, মালেমথৈবু লাইয়েংবী, মালেম ভানবী চেককুম লাংফাবী, নয়ানা মালেম লিংচংপি, মাতোম অৱাং কোয়ৌ নোং-ফাইবী, নহাল-নোং হয়িথৈঙদা নাপল লাইলেন তাউলোইনাই, ছুপি থিংকোক লাইলেম্মা, চিংঙু বাংলৈলেন অতাম্বদগী থাকপা তেংলোইনবা, খোইলা মপোক হানবী, কোয়ৌ নোংখৌ তুলেন্দা পানকবা, য়াইপিলেন শিদবা, সাবাং তুখোং খুদিংদা, চিংঙু লাইশিং শুনা হা-খোকপা, মালেম লৈলিক-য়াংলি শেমনা, পাফল মাথৈ কাংনা চুকসেন নাচুক কননা, মালেম লৈবু পাইনা য়াইপি হুইলেন ওইনা, মালেম লৈবু, লৈলোন ইয়েক তরেংপু লমহৌরকপি, অৱাং কোয়ৌ নোংমদোল মাপল কাউনা হুংনাং কাউথংকোনবু

শানকবী, কোরৌ তাচিনলে। মোইজেক্তা মাংখ্রা থোইবীদা পাচিবা,
লাংঙ্কা তলং ইপাকথক্তনী, চিংডু ইতাও লাই অয়াংবা, য়াইপি
লিনতাউরেন শিদবা, মহাকপু, থোইহু মুংকাং-মুংনাং-স্যাকাংথক্তু
লি—লি মুংকাং মহালাবগা, তিবলিতোন তাউরেনবা তুপি লিং-
হৈংনবা, মালেম লৈবু শুইরকপী, থোক্লেন থাকপা তেংলোইনবা,
চিংসা য়াইপি মপান কুপনা, চিংবু পুজৈদা অবা হুইশোন লাংদবা
(লাংদবা), থাপুং হৌদনা চিয়াং কৈখিংবী, য়াইপি শিনবা অতৈ-
য়াংবী লাই, মালেম লৈশেমথক কোরৌ বোংনেম থকপ তোংতবী।
কোরৌ তুমিং'মদি, মমু যোংবা মুবলেন য়াইদা, কোরৌ হুইমু.নবা
তুংচেং য়াম্বী, লাংহৈ তোম্নোকপি হৈনিংতম লোংচুম্বী, মাপল
সঙ্গোং মলিবা মরল ওইনা তম্বী নংবা, তিংথৌ লৈকা থেংবা
কোংংাইপাদৈ শানা, পাথং অতেং লুকেনলৈ, কনাং হিকোক
লিকাশলৈ, পুকমুং সোচৈ চিরোমলৈ, লৈরাং পাশানখিশি। পক্ষৌ
ইঙি ইকাংবা, ইলেন ইথায় ইকাংলে, ইলং ইলোং মাইথবে,
পালি খোয়চেন খোংকাংলে, তুংখোংদি থংইথবে, ইশা মাপলবু
থুংথবে। বাংতম থুংকাংচাব ইগী মপাল ( মুপাল ) থাবিযু।
নোবা অতাংবু সনাংমা কেদৌনাহে চন্দবা, পুঙ্গ মথোই হেনবচ
মুংশাং য়াইপি মরাং কাইবা, লৌশিং মেরা চাউনা থানবা, মীথোই-
মীহেনবা, লাংকম মতাং অতেনবদগী, য়াইক মহে পিনবীযু হায়রবা
নৌবাবু নাউনৌবা পন্থৌ মপা পোকমাবা, পালেম মমা পোকমাবীনা
থুংকাং চাংথৌ তরামক লোমনা, চেপ্পা নোমনা, ইমা নংগী নকাক-
কমদা পুনেমলৈ।

২৩। নৌবা অতাংগী পুংতাংদা লংহিং পুননবা মিংথৈ-লাইশোন।

হুঁং শিদবা হরি—হে—হরা—হে, হৈতোমলেন, মানতোমলেন, লাইতোমলেন, তপ্পা ঊং (বুং)—লোং—হুং, লা—লা—সা, লা—হিং—লা—হিং—সা—হিং। কৌবা লংহিং লংচা তরেৎবা লিতিন অমতা ওইবা, নৌবা অতাংগী পুংতাংদা তাইপং লিকিনরবনে।

থৌরম লিথুন— মতাং অসিদা নৌবা অতাং অহু মপান্দা থাংদোক্লরম্মী। অহুগা ইনাংকী পোৎলম্না শেমলবা মালেম লৈ-মানা, মমসা পকলৈবা লাইপক্না নম্লম্মী। মিংথৈ-লাইশোন অসি শোন্দুনা, অতাং অহুনা মুপা ওইরগা য়েংথংবা থুংতাংদা, মুপী ওইরগা ওইথংবদা, ইনাংকী পোৎলম্না শেমলবা, লংহিং লংচা তরেৎমা লিতিন অমতা ওইনা লংহিং অহু পুম্নরম্মী।

২৪। লিক্লং-তেনচৈগী মিংথৈ-লাইশোন।

হুঁং শিদবা হরি—হে—হরা—হে, লাইপি য়েনহৌথে, অমম-মৈশালোক্কা নৈশানমকপা, তাইপং মীপোকলাংগী, লৈমুং উল্লংদা অলিবা ইছল-তম, খুং-পান অমিগী ইরাম—ইমিলনা শেংনা ইহু কাবিবা নৌবা। য়োইমম্মাই মালেম অতানবদা তাইপংপান সা-কোংলে। নৌবা অতাংনা লিক্লং তেনচৈ, সামু খুত্তা পাইহুনা অহুটৈ হরিটৈদা খোইয়ুম শিদবা মপুনা শিনতাকপিমকপা, শিহা থৈনা মতুংইনা, তাইপং মালেম থক্তা শিহাজগে। অয়োলবদা তাকপিমু, অরানবদা কুবিমু, পম্ভৌ সংশক তানবা, পালেম সমম শিংবা, তাইপং মপুগী শিনলম—শিহা, মপুং কানা ভবা শিনবীমু

চায়বা, নৌরা সৈতপবা, যাদেম চুকনা ওইরিবা, চিংও খোংকাং চাউবা, বাকয়ৈ হিথাং য়াম্বা মকমলাংলা, পুনেমজতুবা খোইয়ুং পাউতোইজরিয়ে।

থৌরম লিথুন— নৌরা অতাং অতুগী মথাগা লোকমিন্নবা মাগী মাম্বনা, সালাই কোকথোন য়েং, লেংয়ান খাউওননা, খুত্তো লিরুং তেনচৈ পাইহনা, হরাই মজল অতৌবা শায়না, মপানলাংদা থোক-লকুনা, মথৌপুং খেনলোংদা লেপহুনা, ইমাংকী মতুংইন্না শিঙ্খা-থরম্মী।

২৫। তেনউ-তেনকাপলোনগী মিংথৈ-লাইশোন।

হুঁং শিদথা। হয়িনা ইপানি, হয়াদা ইমানি, হৈ-হা-হৌ।

থৌরম লিথুন—তেনউং—তেনকাপ্নদা মিংথৈ—লাইশোন অসি শিঙ্খা খুদিংগী শোন্দুনা কাপ্পরম্মী।

২৬। তেনউং—তেনকাপলোনগী লিকলম মাইকৈ তাকপা।

"ইম্নুংলোন লিকলম" কৌক্ক, থাংচিং, মথা, মৈরম, চিংথৈ, অহাং, নোংচুপ, নোংপোক, নৈথক-নৈথা, মাইকৈ তরা অসিনি।

"খুম্নুংলোন লিকলম" চিংথৈ, মৈরম, থাংচিং, কৌক্ক, নৈথক-নৈথা, মাইকৈ তরুক অসিনি।

থৌরম লিথুন— অনুম্না শিঙ্খাবা লোইরগা, ইম্নুংদা তেন শিঙ্খারবা মী অহুমা চংলক্লগা, লিরুং তেনচৈ অহু লাইগী তাংবল-থকা থরম্মী। অহুগা মহাক অহুমা হান্না তরৈংকী শেনজা

লাংহুনা, নোৱা অঙাং অহুবু য়াইকখোইবু পিনরম্মী। অসিগী মতুংদা মথং মথং লোইনা মীপুম খুদিংমক্কা তরেৎকী শেমজা লাংনরম্মী। শিন্থা লোইরবা ইহুং ঙাল্লগা লিরুং-তেনচৈ অহু মকতোমদা থেৎতুনা চেকশিল্লা থম্নরম্মী। (মুমিৎ অসিদা নোৱা অঙাং অহু মিংছং-নরম্মী)। লিরুং-তেনচৈ অসিনা কাম্নবা মরম লৈ হায়রম্নুনা ইবীরম্মী।

২৭। মিংথৈ-লাইশোনবীরিবনা লাইশিং থৌনিনবা মিংথৈ-লাইশোন

থাগী—পানবা—কোনবা—মুমিৎকী, য়াইকবা নিংসা কাংলোংদা (পুংকমদা), ভাইপংপানবা মপু অপোকপা ইপুংলো নহাকী থৌশিল থৌরাং—থৌরম মতুংইন্না, শাগৈ—ইরেক—সালাইগী—মমিং—কৌবা কৌবীনা, মপারি, মযোম অমা নাউনৌজরে। ঙসি কোরৌ য়াইকবা নোং অসিদা তরুক্লি য়ুপাল থাবা মুমিৎনি। নোৱা অঙাংগী পশ্থৌ মপা, পালেম মমানা, ভেংপামচা মপু ইপুংলোগী মকমলাংদা. লৈ, ঈশিং, মোংশিং, মংলেম, অতিংঙা, মুমিৎ—থা, চাহোল তরেৎ, থোৱাই মিচাক নোংথৌ শিদবা; অরাং কৌক্রু অহুম্ৱা, মাংচিং কোইলেনলাই, থানা চাউবা বাংক্রেন. মৈরম পনম মৈহৌৱা চিংথৈ নোংমদোন লাইলেন পাথংবা, অরাং মারচিং তলং হিহোনবা, নোংচুপ লোইয়ালাকপা সালৈ থেম্বা. নোংপোক মালং হুম্মোইবা। হুং মঙাং. লুৱাং, খুমন, থৈবিকী নকমাংদা. হৈগী হৈরম. লৈগী লৈরম, কবোক, অথুম-অহাও, ভাওচিং-হৈৱাংনচিংবা, ইলাংমু য়াওনা, মেক্রুক কমপি মৈথু—থু, পোলোই মংশিলগু থাম্বী মৈরা থাননা, ইনাৎকী হোনবী শুমা লাংজহুনা থৌনিজরিয়ে। হুং

লাইমিংথৌদি অপোকপা ইপুংডোনা, নৌবা অঙাং অসিবু পুন্সি চুংশাংবা, মীথোই—মীহেনবা, মিংচং—মিংকাউ, লৌশিং য়েরা চাউনা থানবা, নাদ—য়েক্কবা, পিয়বীরমউ হায়না, চিংঙ্বা থোইমুর লাইশিংগী নকমলাংদা, মানবী থুংঙপা, চাংজৌ চেপ্পা য়োননা মালেম লৈপক্কনা তাইপংচানবু পুনেমজে।

থৌরম লিখুন— মিংথৈ—লাইশোন অসি, তেন শিঙ্গাংগী মতুংদা লোইনবা শোয়রম্মী।

২৮। মপা মমামা থৌনিনবা, অঙায় নোংদমলোন শিংথৈ লাইশোন।

ঙসি য়াইকবা—নোং অসিদা পন্থৌ মপা পোকমাবা, পালেম মমা পোকমাবী অনিনক্লা, পাবি :কাংয়াং বাপিহন, ইথোম লাংলেন চুংচানবীবু, কৈরা তান্দা থোং, শমলাং তোনগা নানশিন্না, কুংলং মাদ—চিন, থাভায় লেংথোন নাননা, পুনেমতুনা থৌনিতরি। নৌবা অঙাং অসিবু নোংমা হেদো-মাহে চনহলবীদনা, মুংঙাই য়াইপি ময়াং কাইনা, তরা অচা-অথক বাত্ত, চারে অহন তম্না, কাউপি সমলোই, তয়ুমনা ঈশিং লোইননা, য়াংথৌ লম্মাথাংদা লাংকম মতাং ততেমবদা, অহল মমাক মমা, পারি-পুরি লাইবু লাইশক থংনা, ইপা-ইপু থিনা, থকশি—থাশি নাইনা পানজলবিয়ু। পন্থৌ পিথোয়লেন, পালেম পিথোইলেম য়োনা, পুন্সি চুংশাংনা, তোনংলোই মহৈ য়ানবা লনকুবীরকউ। ইলাংফু লাইক ঈমায় থৈ, তাউচিং নানৌ থেংনা। মালেম লৈমাইদা, নানৌ থেং নাচুক য়ৈনা, লোইথোম কৌ ময়োল থা, মালেম লৈমাইদা

লৈশেমলোন পাকল শ্রেক, তাংবল থা। চে, খোইদিং, তিংখৌ, লৈতুনচিংব', নাহায় লাইজ ঈশিং য়াও, তাওচিং হৈরুক শেম, চেংনু নুকমাই চান, চেংপি-চেংপা য়াং, ইনাংকী পোংলম থৈবিক চনা লাংতহনা, হেক্রুক কমপি মৈথু থুনা, পোলোই মশিলগী থাম্বী মৈরা থাবনা, তাইপংচানবু (পম্বৌ—পালেমনা) তাইথমলিরে।

২৯। চিংগু নোংদম্বা খৌমিনবা মিংথৈ-লাইশোন।

হে চিংগু নোংখৌ সালাইলেন নোংলেন লেনবা শিদবা। অয়াং পাখং তাঈকোলেন য়োঈলেনবা, খোইয়ুম মঙাইলোই ঙাইরিবা, হে খোইয়ুম নোংদম্বা, নোংমদা চাম্বা পোকপা, নোংমদা চাম্বা শিবগী, শিংকোয় মিংতুম চিনলি লোংববু (কলম) (খোরৈচে), সামু খুত্তা পায়বা, মুকমু তোইলুপ্পবা, সারু লাইপক খেনলা ইবা, হয়ি লাইয়ুম য়েকপা, অতোংমুবু নোইঙমশে, অচাউম্বু তাইঙমশে, লাইকম্বু খোইঙমশে, কোরৌ চিন উরবলে। কোরৌ মখোং-চিন্দগী বাংপল ময়ানয়াইদগী, অয়াং পাখং য়োইলেনবা, কোরৌ মোংনিংখৌ সালাইলেন শিদবমা পাউতাকয়ে। সাবাং মেলেংবনা হেমচে ময়ুম নাক্তা ওরুক্কি য়ুপাল থাবদা খোইয়ুম নংনা, সারু লাইপক খেনলা নোংদম্বগুম নৌবা অঙাং অসিবু য়াইফ নোংতম্বীয়ু হায়না, মুকমু লৈতোন কোন, যানবী খুংতম্মা, চাংজৌ চেপ্পা বোবনা, মালেম খৌলৈ লৈপাইমা, চিংগুবা মকমলাংদা পম্বৌ-পালেম অনিমক্তা পুনেমজরিয়ে।

৩০। মপা-মমাগী লৈমালেন খৌমিনবা মিংথৈ-লাইশোন।

হুঁং—হিং—নিং—নিং—নিং, তাইপাংপেমবু হুৎলিবী, মালেম লমচাত্ত ওইহনবী। মালেমগী মাংগোকপু ওইরগা লৈলেনহানবী, অহিংবু হিংননবা য়ে-নৌ ফমবী লৈশিলেমবী (লৈশেম্বী, ইরম অহুম, খোংলম তরেৎ, মাইকৈ মরি, ওৎতায় নিপাল, শিংখায় তরাগা তরুক, ইয়েক তরেৎ, প'ফম ১০৮, অত্ত, অতাক, অথং, মনম, মহাউ, পুক্লিং, হাখল, লাইকনা থুংলেংনবী. তাইপং মালেম লৈলোনহুংদা লৈরগা, ঊনিকলেম শিনবী। তাইপং মুগলেন কাচাউহুংদা লৈরগা, অহাং মাংশোক কাচাউয়াবী লৈমালেন। লাইজ ইলেনপুং ইসায়ফুহুংদা লৈরগা, ইলিকলৈমা। থাম্বী লাই-য়িংথৌ মশাইকোন্দা লাংবোনলে, মুংখেললৈমা। মালেম বাং-কোনশংদা লাংবোনলে, বাংকোন লাইলেনবী, পিথ্রাইবী অশেম্বী, থোংতায়রবী অশাবী। লাইজ ইকোপ্পুদা লাংবোনলে, ইরাইলৈমা (ইলৈমা)। কৌক্রু মশাইকোন্দা লাংবোনলে, নোংথেললৈমা। থাংচিং মশাইকোন্দা লাংবোনলে, ইমুংলেনবী। মৈরাং পনম নিংথৌ মৈহোবা মশাইকোন্দা লাংবোনলে, তোয়নেনলেনবী। চিংথৈ নোংমতোল লাইলেম পাখংবা মশাইকোন্দা লাংবোনলে, লাইমা (লাইশ্রা)। মারচিং মশাইকোন্দা লাংবোনলে, থাংলেনবী। নোংপোক মশাইকোন্দা লাংবোনলে, ঊচালৈমা। কংলা কাব-জোন্দা লাংবোনলে, নোংথাংলৈমা। লমলক্তা লাংবোনলে, লাইখোয় ('হিলোয়) চংগী লমলৈমা (হেনলোই)। তাইপং মিংলেন্দা লাংবোনলে, লোইথোয় কৌওইবী, তরা লেংলৈমা, ফালৈমা, পুনলৈমা শিনলৈমা, লমলৈমা, লাংলৈমা, হিকুবী—য়াইকুবী, হিলৈমা—য়াই-

নৈপমা. হিপোকপী—য়াইপোকপী, য়াইস্না কৌনা মিংহল্লবী। মচাংদা য়ুংহৌরে. লুবংদা পোথরে. থুমন্দা চাক্রাদে, লৈমা লোইশং কালোং কাবী, তাইপং য়ুম্লেনমুংগী লাইফম অকনবা, কুন্দা (কুকা) লাইরুদা লাংবোমলে, ইযোইমু অহোং অচাওবী। চয়া নোংতম লোংখায়রবী, ইয়েক ওবেংনা থোগনলিবী, হাত্ত-পাদবী পলেম ইমানি। কোনৌ নোংথৌ সলাইলেন নোংলেনলেনবা মশাইকোন্দা লাংবোমসে. নোংমদোনলৈমা আপালথোইবী। কোন্নৌ নোংনেম শিদবা মপুবু. থুক্তা সাথৈ কাংথায় পাইহুনা. ফিশেং-লৈচেং নাদনা, পানথোইবী কৌনা, মযোম লাইহুনা ওবেং লাংবোন্দুনা. অহিং হুংথিল, হুমিদাং নাইদনা, চাবা মচেং, তুম্বা মচেংমনা থোগনলিবী। নোংপোক লৈহৌচিং নোংলেনবা মশাইকোন্দা লাংবোমলে পান-থোইবী। হেনলোই ওবেং লাংবোমবী, তাইপং থুনথোকপি, লোইবী চিংদা পান্দা থোইবী। মালেম লৈদা লাংবোন্দুনা থুম্থোক-থুন্দারে. মক থারে কৌলৈমা শমপুবী. য়ুমচাউলৈমা, থুনথোকচামবী। থমমুং চাংখা লাইক ইশাবফুদা লাংবোন্দুনা শিন্থরে, থমমুং কিকোয় লৌবোমবী (থমমুং লাইলেনবী) থোংপাল নৌবা পিলেম (পেম্ম) লৈবু (অশি-ইহপোং) মপাম্বি মযোম থমমুং থুন্দোবশিংবু তয়া চাকইনবী. পালেম অপোকপি শানা নাউয়োক-নাউকোনবী। থোংচাক অশিথেম মকোয় (মকুই) মুংচোল চিংদা, লাংচিং থমমুং য়াইলি, তাইপং থোইমুম কুম্মৈমদমক, নোংচুপ লোইয়ালাকপা চিংনাদা লাংবোনলে, কৌহুলাইলেনবী। পাথংবমা য়েনথৈবা ইথোং অহুয়ে, থোংলম ওয়েত্তা, ইয়েক ওবেং লাংবোমলে, মচাংদা

মোংলেনবী। লুহাংদা নামহোয়য়ু। খুমন্দা ইমুলেনবী। খাবদা খমশেলেনবী। তানবদা (তামবা) তমুলেনবী ( তক্নলাইলেনবী )। অতোমদা চাউমুলেনবী। মোইরাংদা খমপোইলেনবী। হুঁং শিদবী পালেম ইমা ইবেম্মা। নহাকা নম্বিংদি তাইপংপানবা অসি, অহিংবু হিংনমবা য়েননিং হুনবী, অক ফত্ত অচৎ—চত্ত খৈবিকপু মোংলেন অমত্তা ইশৌ লাংদনা নাউয়োক—নাউকোনবী, ইমা নহাকী নমাই অহেনবনি। হে ইমা লৈমালেন শিদবী, তলংদা মৈহৌবী, লকয়িদা থৌশাবী, লাংবোন চাউবী, মিংলেন য়াম্বী, হৌবা লোয়ইবা লাংহৈ তোয়োকপি ইমা ইবেম্মা, নৌবা অতাং অসিবু চানবীয়ু—লনকুবীয়ু। পুন্সি মথোই হেন্না, তাইপং লন-থোইবা, য়াইক তোনলোই মহৈবু কুবীরমউ হায়না, পম্বো মপানা, পালেম মমানা, মামবী খুৎতপা, খুৎকাং ফয়ানক চেম্ব লোননা, তক্লাং চরৈ য়েংং, মাকলু ফিয়ামনা, মালেম থৌনৈ লৈপাইনা পুনেমজবিয়ে।

৩১। মপা-মমানা লাইয়িংথৌ থৌমিনবা মিংথৈ-লাইশোন।

হা—হুঁং—হয়ি—হে—হয়া—হে, হা—হুঁং কোয়ৌ মোংথোং কোয়বা, তলং হিলেম হোনলিবা, ইপাকথক্তা পুলেনবা, ইথৈ-ইহজ মালেংবা, চৎনিংবত্তা চৎলিবা, য়োনিংবত্তা য়োবনি, ওননিং-বত্তা ওনলিবা, মকম খুদিং থংদ-উদবা লৈত্তবা, তাইপং মালেম খৈবিকপু অমুক হন্না লৈশেম-মুংশেম্বা, পম্বো-পালেম অনিমক্তা লৈবা, লাইপুংথৌ মাপল লাংবোনবা, থোইমুম লাইরাম খৈবিকী অথোইবা। সাচিক মশৌ লাংহনবীগনু, থাপা মমাই চাইহনবীগনু।

ৱৈ তলং, ঔশিং-তলং, অতিঙ্গা-তলং, মালেম-তলং, কোয়ৌ মালেম লৈকোইবা, নশাদগী হুনবা, মরুদগী হোৎবা, নয়োলদগী শাৎপা। নঙাং, লুবাং, খুমন অহুম্না কোকখোন হাপুন অহুম থোকনা হৌলেনবা, হুম্নি শুবা নৌথা হায়না মিংহুম্নবা। মনাও কোমতে মৌনা হুননা, কোমচিন তুখোকপবু পন্থো মপা মশক থংহনবা। মালেম-লৈদা থোশাবা, ময়াই ইয়েক্লা সালোই লাল্লোইবা (লাঙি-ঙম্বা), তোম্বা লৈরে তোংঙানবা, তিম্বা লৈরে তিনলিলেন (অনি তিম্বা) শিদবা। তাইপংমুংদা লৈরে থৌবাইমি পোকপা হায়না কৌরিবা। মালেম লৈলোন তরেৎ, মোংলোন মাপল, মুনিং-থা, থৌবাইমিচাক মোংথো শিদবা, চায়োল তরেৎ, থোংচোমমুবী, মোংথৌতুলেন, শাচিক-থাপা, পাকল, মিহিং ১০৮ নচিংবা, লৈবা থেবিক্লা থৌতাক-থোগবলিবা। মোংমদা মালেম তরেৎলক হুম্না লৈকোইবদা, অবা হুইশোল লাংদবা, হুমাং ইলিক কাদবা, ইকা চৈত পাল্লোইন্দবা, বারক নিংনাং অপিথক হুই মহা খাংনৌপা মহাকপু। নহাল-মোং হুম্নিদৈদা নমু তাইপংচা মীওইবা থমমুং খুল্লাবশিংবা ইলাংনয়রুবদা, নোংপোক (অপোক) মালং হুম্মোইবা, অঙৌবা কায়নৌ চিংসোম্বা, থোইমুর নকমলাং, থম্বাল ঙাংলৌ লৈতম্বদা, তাইপং মোংসাপানগী মমু পোংলম থংবা, থকশি-খাশি কামল মাবু সেওই মাতে চাদবা তাইপংনা, লিক্লাংসেবু থংবনা, চিংঙু মহাকী নতিক-নঙাল, ময়াই, নমিং-মথা অয়াম্বা, হাকচৈ হিথাং য়াম্বু থাজদবা তাইপংনা, মাংবী খুংতপনা, খুংকাং চাংলৌ ওয়ানক চেম্না মোনবা, ওঙ্গাং চাঁরৈ য়েং, নাকমু

কিয়াগনা, মাংলেম খৌনৈ নৈপাইমা, অশোয়-অভাম, অয়ান-অছুই থৈবিকপু ঙাকপিয়ু। নৌবা অঙাং অসিবু হৈগী হৈশক, নৈগী নৈশক থংনা, পম্বৌ পিথোইনেন, পালেম পিথোইলেম য়োনা, পম্বৌ মংশক তামবা, পালেম লমন শিংবা ওম্বা য়াইকথোইবু পিনবীয়ু হায়না, নৌবা অঙাংবু নাউনৌবা পম্বৌ মপা, পালেম মমা অনিমক্তা পুনেমজগিয়ে। ওয়্ৰি—হয়া—হায়ুম।

খোৰম লিখুন— মিংথৈ-লাইশোন অসি থৈরবগী মতুংদা, ইমুং অছুদি য়ুমগী মমাংথোং অদু, থোংলোম নাক্ত কাংনা, খাম্বী মৈমুম্ভনা, ইমুংঙাবা কাউবা থরগম্মী। ( অছুবৈ হয়িথৈজেনী য়ুপান খাবগী খোরম অসি মুমিং ওরক্তি ওবা মুমিত্তা ত্তোনবম্মী )।

৩২। ভৱানিওবা মুমিংকী, কোয়ৌহনবা মুমিং থৌনিবা মিংথৈ-লাইশোন।

ছুং কোয়ৌ শিদবা। হে য়োইময়াই মালেম অঙানবা, কোয়ৌহনবা মুমিং কৌবা শিদবা মপু। হে নোংপোক (অপোক) অপানবা, পাজলবা, অচিবা, পাম্বা কৈলেম্না খৌগম্লিবা। মঙাং লুবাং, খুমন, মৈ, ঊশিং, নোংশিং, ওসি, ওয়াং, মহাল অহুম্মক্তা য়াইশি খৌবাই ওইবা, তাইপং মালেমগী অময়-অঙান মতম অহুম, ইমুংলোন নিপালমকপু, মমিং কুপ্তনা সানথৈবা, নশকপু মিংশেনওয়া লংবা, নচুনা নোংথাংওম, মচু তরেংনা নৈজেংবা, চহি ১৫ গী মশকুম পাজলবা, মিংনা ঊবা লাইওইবা, মমিংদি য়েমরৌ মাবা হোংহো পিজুয়া মকোয়ে। মতম অছুদা মহাক্তা চিমবা নৈদি তিংখৌ মপোপ; মঙাবু নৈ ওইবা চিমলে।

মচুমি অঙৌবনে। মমিংমি ঙাং—চিং—ঙাং—ঙনৌবা মকোয়ে। চিরবদি অচিবা শ্নামহি ঙনংবা মকোয়ে। মীওইবা থৈবিকপু মহাক্কী চাকচা ওইনৈরে। মচুমি শকোম অনৌবা, নফুলিক মপান অঙৌবগুম্মে। মতম অহুদা মহাক্কা চিনবা নৈদি থাদোই পিচুপ মতোল্লবু নৈ ওইনা চিনলে।

মমিংদি ঙাং ঙনংবা অপানবা মকোয়ে। কাউনেন সম্বনবা কাইদোং (সাতোং) ওইবা, লাইথাম তোম্লোক চিনবা, পাম্বা কৈলেম ম্রেক্কপু থ্বাংশেংনবা, ঙাংজ লিমহু-পূবনু থাউওম্নবা, নোং-পোক নৈমা ঈঙালনৈ, হান্দ পানকবা মকায়কম, সেমদোই হাগবম্না হাদ-চিং, লংমাই নিকবম্না নিক্ত-চিং, থুংলামথাম নোংমাই মচিংলেম, মুহানা মুচেংনা মপান মম্না ফুকে ফুকঙমদবা চিং। অমম্বদগী শারকএ হায়রবগীবু অময-নৈশালোক কৌবা চিংদা পানকবা খোংপোক মালং হুম্মোইবা, অঙৌবা কায়নৌ চিংশোম্বনা পানকবা, কোবৌ নোংখোংবু কোইবা, মাদেম নৈবু নৈকোইবা, নৈচিন খোংকাউবনা, থমকোম খোংনেংনবা, মালং নোংনৈ শাদোংনবা, সাক্ক লাইপক খেনদা ইবা, হম্নি লাইম্নুম ম্রেকপা নহাকপু। মহাল-নোং হম্নিঙৈদা নমু তাইপ্যংচা মীওইবা, থমজুং থুন্দাবশিংনা ইলাংমরক্কুবদা, খোইম্নুম নকমলাং, থম্বাল ঙাংলৌ নৈঙম্বদা, তাইপাংমেংংস্যাপানবী মমু পোংখোক-েকাংলেম থাদবা তাইপংনা মানবী থুংতপনা, থুংকাং চাংলৌ ঙম্নাবক চেপনা নোননা, মাদেম নৈপাইমা, অশোই-অঙাম, অমান-অহুই থৈবিকপু তাকপিম্নু। নৌবা অঙাং অনিবু মাইকতোনদোই মচৈ ম্নানবা পিনবীমু হায়না

পন্থৌ মপানা. পানেম মমামা পুবেমজরিয়ে। হরি—হয়া—হায়ুম।

থৌরম লিথুন— ইনাংকী চৌনবী পোংলম থৈবিক তুনা, থৌরম অসিদি য়ুমগী মাংলেন মপাগী মাঙোল দারি-মচিন্দা তৌনরম্মী।

৩৩। তরাগানিথোইনিগুবা নুমিংকী, য়ুমশেংবগী মাহায়লোন মিংথৈ লাইশোন।

থৌরম লিথুন— মথক্তা হায়খিবা, য়ুপাল থাবগী অহানবা মাহায়লোন মিংথৈ-লাইশোন অদুনা তৌনরম্মী।

৩৪। চাপোকপি মশা শোনবা মাহায়লোন মিংথৈ-লাইশোন।

তুলেন লোকচা মংচা—ই,
সালোন মংলেন—ই,
চিংলোন চারা—ই,
নোংমাইনু অহোংবী তুসাকোন—ই,
কচেং তোংপান লাইজ—ই,
লমলেন কোংপা মরু—ই,
থা—থোং মরু—ই,
লাই—থোং মরু—ই,
লৈমা তয়াই—ই,
চিং তয়াংবনা কোয়া—ই,
তয়াংবা কেমকং—ই,

লাইজ ইচিক লাইশেং খোইবনা.
নত্ত মুপীবু শেংলবনে।
মুমিং—থা অরু—অশেংমা,
মাহায় তাইলেম-পুংকায়না,
লাইজ থিবকেননা শেংলহনে।
পায়রে—শেংনরে—হেয়রে,
হা—উং—উং—হৈ।
হয়ি—হয়া—হায়ুম।

থৌরম লিখুন— মাহায়লোন মিংথৈ-লাইশোন অসিনা মরকী অমদি থাপূম অহুম শুম্রিবা কাউবগী চাপোকপি মশা শেংদোকপা অমসুং লু-হোংবগী চুপী মশা শেংদোকরবগী।

৩৫। অঙাং চাক-ইনবা (চাকউম্বা) গী মিংথৈ-লাইশোন।

অহানবা চাক—চাখোম লুলোই অসিনা, পারি—ইখোম নৌবা চাউদবা-চাউদবী, মংবু ঐবু শেম্বীরকপা তাইপং মপুবু কাউদনবা, কাউদ লিলোন চাকনে চারো।

অনিশুবা চাক—চাখোম লুলোই অসিনা, মংবু য়োকপি—থাকপিনবা, অহিংববু হিংননবা য়েননিং চুনবী, মালেম মনা লৈপাক লৈমাবু কাউদনবা, কাউদ লিলোন চাকনে চারো।

অহুমশুবা চাক—চাখোম লুলোই অসিনা, নংগী য়াইপি খোঙাই মরাকানবা, কাউদনবা, কাউদ লিলোন চাকনে চারো। (মন—মন—মুক—মুক—মুক)।

মরিশুবা চাক-চাথোম লুপোই অসিনা, নংবু পোকপা পম্মৌ নপা, পাপের নমা অনিএকপু কাউদনবা, কাউদ লিলোন চাকনে চারো।

মঙাশুবা চাক-চাথোম লুপোই অসিনা, মৌবা নংগী পুক্সিগী, লৌশিং মৈরা ওইনবা, শিংজি-নাউজি থৈবিকমক্তা, ইপুলোই শিদবগী ইলিকনা চেন্নবা, কাউদনবা, কাউদ লিলোন চাকনে চারো।

থৌরম লিখুন— তন্না ফুলেম শেংনা হৌনরম্মী। সংলৌ মথেল, ইনাংকী ওয়াহম তরেংনা, য়েনশাং থোংনরম্মী। ইনাংকী ঙৌনবী কিসেং-লৈতেং থৈংবক শুনা, মুপীনা খাপূম মঙা, মুপানা খাপূম তরুক মপুং ফাবদা, মিংথৈ-লাইশোন অসি শোন্দুনা, লাইজ ঈশিং পিথকনা, চাকউম্বগী থৌরম অসি পাংথোক্লম্মী।

৩৬। নাউথেম—নাউশুম লাইশোন লিকলন।

খা—খা খাপুংতোন,  
মচা মোলাম্বী পোপিগে,  
পোপি সানম নম্বীগে,  
হৈপোং চাপোং অনতা,  
খাদবিরকউ হায়রগা।  
মথিলক্তা তাথরে,  
মমুংলক্তা তাথরে,  
ফমানা চাবিগনি অসিদি।

ক্তে—ত্তু. কে—কু।

হা—হুম, হ্না—হুম, হা—হুম।

(ইপা—ইপু—শোন—শোক—শোনসিবা)।

থৌরম লিখুন— মচেম-মমেম, পালেম মমানা নৌবা অভাংবু মামু মমদা পোনা, মথৌপুংদা থা য়েংহনা, (পম্থৌ মপানা) লাই-লোন সৈশক অসি শক্লরম্মী। (মপানা মচা'দ', কনা থংহন্না-ভাহন্দনা, অন্নমা ইপা ইপুগী লাইনিং লাইশোন লবী (লিকলম) অসি ভাকপিরম্মী)।

৩৭। নাহুক্ত—নালেংগী মিংথৈ-লাইশোন।

ইনাংকী মিংথৈ-লাইশোন অসিনা, মপানলাংদা পুথোক্লুমা থুংলাংজবক্তনি।

থৌরম লিখুন— অহুক্তৈ হয়িক্তৈদা থৌরম অসি, অভাং পোকপা হুমিং, য়ুপাল থাবা হুমিং, কোয়ৌহমবা থৌনিবা হুমিং, য়ুমশেংবা হুমিংশিং অসিদা, অহৈবা মী অমা কৌরগা, নাগী লৈত্তেংগীদমক্তা হেক্তা মহুংদা হুংনরম্মী। (কুমজা অহুম, মত্তা গুরকপা মতমদা থৌরম অসি নৌহৌনবা মপান্নাংদা পুথোক্লরম্মী। থাম্বী থৈবু ইলাংনরম্মী)।

৩৮। থাংতিন লাংহিং থাংবা, লিক শিবগী নাহায়লোন মিংথৈ-লাইশোন।

ঊং—হৈ—ঊং—হৈ,

কেগা—য়োইগা,

মেনগা—খাইগা খৌলি,
খৌলি খৌরালাংবু খৌলি,
খৌলি খৌভিনলাংবু খৌলি,
থাপা পোংথৌ ভমী।
খুনিং মাবু লাংমংদে,
খাবা কোনথাং—সাগী,
পোংথৌ মথং পিজগে।
বুমচা পালোন থৌগে,
মোংচা পালোন ভৌগে,
ভায়রে—ভেনরে,
হা—উং—হা—য়েং।

অমাইবা, •ম্পাক লৈগৌ মাইবী, লংমাই লৈহৌ মাইবনা, ভাইলেন পুংকায় লোংববু, লোংমা পাইদা লাইজ থিকজেন ভজনবরে। মাপিনা—শিংপিনা, নথারনা—মাজংনা, লৌরে—ভারে, উকোক-থাকোক, শিদ-খাই, নাদ-খাইনা, ভিনকোক'শে-লাইকোক'শে, ভিনশেংলে-লাইশেংলে, হা—উং—হা—য়েং।

খৌবম লিথুন— লংভিং লংচা মাপলমা, লিভিন অমতা ওইনা ভাকা, লিক (ইলিক) অহু কারা মাহার মিংথৈ লাইশোন অলি শোন্নুনা শেংলোক্লম্মী। (অসিনা ইযোইহু অহোং অচাউবী ইলাংপগী পোংলম শেংলোক্লম্মী। অহুমা কুচবগী লিকা-লিপুরবনু শেংলোক্লম্মী)।

৩৯। খাংভিনগী লাইমখিং ভাকপা।

ছুঁং, কৌক্র, পাংচি, বাংবলেন, থৈবম, চিংথৈ, মায়চিং, লোইয়ালাকপা, নোংপোক, অতিংগা শিদবা।

থৌরম লিথুব— অহানবা লিকোন্দগী হৌনা লাইপুংথৌ মাপলগী মিংলেন-মিংথৈ অসি, লিকলম মথং মনাও নাইনা, পমিং কাইদনা অমমমতা ওইনা, লংহিং লংচুং থাংতিন লিকোন মাপল-মক্তা শোয়রম্মী।

৪০। লাইপুংথৌ মাপলনা থাংতিন কিশি পালৈ অহুম, লাংপুমদা থুমগী মিংথৈ-লাইশোনে।

ছুঁং শিদবা হৈতোমলেন, মানগ্রামলেন, বাইতোমলেন কৌয়ে। মাচুম লিকি অহুমু তুপ্পা লাংপুমু, উং—য়েং—চুং, ছ—লা—সা, হা—হিং—লা—হিং—সা—হিং।

থৌরম লিথুব— অহুম্না থাংতিন লংহিং লিকোন মাপলমকপু অমত্তা ওইনা লিপুন্দুনা, মিংথৈ-লাইশোন অসি শোয়রম্মী।

৪১। লিক (উলিক) শিবগী মিংথৈ-লাইশোন।

হি—মরু, য়াই—মরু, মি—মশিক, য়াংলংচাবা, য়াইনিংথৌ, চালিক মরু তই, নোংথৌ মবা বাইদবী, মঙাল অবাংবমু, লিকশি লিকীহেন, য়াইলি কোনকোয় হুম্না, ময়াই য়াচিং চিংকী, লিক মরু হিং—লিক্ররনে।

থৌরম লিথুব— শেম-শাবা লোইমবা, লিক (উলিক) অহুম্না মিংথৈ-লাইশোন অসি শোয়রম্মী।

৪২। থাংজিন, লিক শেম-শাফুংবা মিংথৈ-লাইশোন লোইরবগী মাতায়রোম মিংথৈ-লাইশোন।

উং—কা—উং—কুং,
থোং—অং—হং—সং,
হা—হিং—লা—হিং—সা—সিং।
হুঁং লাইফিংথৌ,
মালেম নৈলোন তবেং,
মোংলোন মাপলবকী,
মশক ওইবা।
কোয়ৌ মালেম,
চপুং লাকপা লমচৌরকপগী,
থাংজিন লংহিং লংগুং মাপলবা,
সায়ু লেংলোই, থোয়থাংজরবনে।
সায়ু ওককোয়, লিক-শিজরবনে।
হয়ি—হয়া—হায়ে।

থৌরম লিখুন— থৌরম অসিগী চংগদবা পোৎলমশিং থাংজিন লংহিং, লিক (উলিক), লকোই লকাং চং থোকপা ১, হৈ মনম মাইবা ১, মতু পানবা কা মপুম ১, পানমনা মপুম ১, লা লাওোন ১, ইনাৎফুমচিংবা থৈবিক শুনা লাংলগা, অপোকপা পন্থৌ মপানা ইমাংকী থৌরম থৈবিক লোঙনা শিজ্জানবগী। নুপানা উলিক—থাংজিন অনিমক, নুপীনা উলিক মতোমতা শিনবগী নুপানা চহি ১৫, নুপী না চহি ১২ মপুংদা থৌরম অসি পাংথোক-নবগী অমম্বুং ইন্নুংলোনবু খুন্নুংলোন্দা শিজ্জাক্রবগী।

পুনৈলোম্বা মরোল-খোক মরিল-খোক,
থুমখয়া-লানখয়া,
থালৌ-লাইলৌ কেনা,
নোংপোক-নোংচুপ কোয়রে,
চুপচি-লাইচি কোইমরে,
পায়রে-শেংমবগে,
তিনলৈরগনো-লাইলৈরগনো,
হা—উং—হা—য়েং,
হরি—হয়া—হায়ুম।

খোরম লিথুন— মোম্বু ভাইপং মীওইবনা থায়লৌ-লাইলৌ থংদনা, ভাওনা-কৈনা নায়বা মতমদা, নাহায়লোন মিংথৈ লাইশোন অসি শোন্দুনা লাইজ ঈশিং থিককেয়রমী।

৪৪। লু-হোংবগী হৈচিংপোৎ, থাবাইদা লাংমবা মিংথৈ-লাইশোন।

হা—হুঁ—হয়—হে—হয়া—হে, অহিয়া তক্নং থক্তা নোংলেন-লেনবা, ইপাক থক্তী পুলেনবা, ইথৈ-ইহল নলেংবা, চৎনিংবত্তা চৎলিবা, য়ৌনিংবতা য়ৌরিবা, ওননিংবতা ওনলিবা, মকম থুক্তিং থংদ-ঙ্গৈদবা লৈহবা, মচাং, লুবাং, থুমন অহমবু, নশাদগী হুনবগি, মরোলদগী শাংপা, ওম্নি, ওয়াং, মহালনা, লুখাং শমচিন কিশিনমগা, পন্থোগী মশক ওইবা, লৌবাইদা শমচিন তাপুন লৈরগা, খোইরুম লাইগী মশক ওইবা, লুতুং শমচিন কিশি পাইলেনমগা, পালেমগী মশক ওইবা। খোইয়ুমলাই থৈবিকপু হা-কোকপা, অতিতৌ,

অজিংকোক, অতিংখম, অতিয়, তাঙ্গকোলেম শিদবা চয়িংথৌ লাচিক মশৌ লাংহনবীগনু, থাপা মরাই চাইহনবীগনু, বৈ তলং, ঊশিং-তলং, নোংশিং-তলং, অতিংতা-তলং, কোরৌ-মালেমতুনা থৌশাবা, লাইপুংথৌ মাপললা, ইয়েক তরেৎমা সালোই লায়োইবা, মালেম নৈয়োন তরেৎ, মোংলোন মাপলদা, তোপ্প নৈরে তোঙানবা, তিন্নবা নৈবে তিনলিলেম, তাইপংমুংদা নৈবা, থোবাই হায়বা কৌবা লাইথিংথৌ। ইপুংগোদি অপোকপা, তেংপানবগী মপু তাঙ্গকো'লেন শিদবা। শাগৈ-ইয়েক-সলাইগী মমিং কৌবা-কৌবীনা, থুংপাক লাইখন শাজরি। চিংথুবা নকম-লাংদা পুমেমছুনা থৌনিজরি। তেংপানবা হৌবদা, তাইপং মালং ওইবদা ইপুংগোনি থংনখি। শিদবা মপু লাইনিংথৌ হায়বা লোঙখি। হৌকম-শাংকম ওইরিবা, লোইকম-লোমকম লেপ্লিবা, কিক্লমদা চংলগা, কাংথুদা থাবা, নশাদগী হু-বনি, মকদগী হৌবনি, নয়োলদগী শাংপনি। পারি-ইযোম (শাগৈ ইয়েক-সলাই-মমিং) অনি অসিবু ময়াংপি লৌশিং ওইহনবীয়ু। হৈরাং হৈথক থংনা, লৈরাং লৈথক থংনা, তোমলোই মচৈ মাননা, ময়াংপি মনম থিন হলনবীয়ু লাইনিংথৌ। থোইজুম নমমাদা তাইপংচানবু পুমেমজরিয়ে। হরি—হয়া—হায়ুম।

থৌরম লিথুম— মথৌপুং থেনলোংদা, মিংথৈ লাইশোন অসি শোন্দুনা হৈচিংপোৎ থমাইদা লাংমরম্মী।

১৫। মাংশোক মাঙ্গেংলদা লু-য়োংপদোরিবা মুপানা থৌনিনবা মিংথৈ-লংইশোন।

হুঁং শিদবা ভেংপানবগী মপুলেন শিদবা। তাইপংগী পারি পুম্বি অপোকপা লাইয়িংথৌ। মিংয়েং অচুম্বা, নাকোং নাচুম্বা, খোইয়ুম কোনখৈ অতাম্বা, অমাং সারু লুতোংলৈবু, লৈপুন মপুন কানা পুনবীয়ু। য়োম্বা খায়োম্বু চায়োম মপুং কানা য়োম্বীয়ু। লাংপন চিংসাং খোইলেন হিগুম্বু মরি তংহনবীগনো। মমাম কোয়ৌ নথুম হৈবু হৈরাং-লৈরাং মচা খায়না য়ানহনবীয়ু। য়াইপি ফেনদোং হোদনা, থাম্বী মরাং কৌদনা, লিক্লাং লংফেম চন্দনা উনপি পুাক্রং চেংনা মপোক খোইনা য়ানহনবীয়ু। লাইজ ইলেন পুংগুম, পুক্লিং লিকা ভম্বীয়ু তায়না পাগী-পামব-কোনবা-মুমিংকী য়াইকবা, (খাংতাক কানথিবা, কানথিবী, ইপু-ইবেল অনিগী) নিংসা কাংলোনগী পুংকমদা, (শাগৈ-ইযেক-সালাইগী-মমিং-কৌবা) তাইপংচা নগুম্বা, খুংকাং তরামক লোম্না, চাংজৌ চেপ্না নোননা, খোইয়ুম নকমলাংদা, মালেম খোউলে লৈপাইনা পুনেমতরিয়ে। হয়ি-হয়া-চায়ুম।

থৌরম লিথুন— মাংশোক মাঙ্গোলদা তৌলাংফক অমগী মথক্তা পম্বৌ মপানা ভক্রাং চায়ে য়েংনা, থা থংবদা কমলগা, মচানা ময়াইদা, পালেম মমানা নাকলু কিয়ান্দুনা অবাং থংবদা, ইনাংকী হৌনবী থৈবিক লৈতেংহুনা কমলগা, মিংথৈ-লাইশোন অসি শোম্নম্মী। অসি লোইরবগী মতুংদা মহাক অহু লু-হোংকমদা খোংশামরম্মী। অহুগা লুহোংকম মুপী ময়ুমগী খোঙ্গাল (কোনখোং) য়োৎমদাইদা লেপ্লগা, ইনাংকী মৈপুন অহুম মৈরা চুহুনা, তম্বা মুপা অহুম্না, ফুঙ্গা মুংহুম শানা লেপতুনা, চিনলোক্পনা, মৈপুন মরক্তা মেক্রুক, কবোক্লচিংবা চাইহুনা, কোনখোং মচুং কাউবদা

তাংকক অহনলক শুনা, থাম্বী নৈনা ওকুমা তিনমু-লাইমু কন্তবা তাম্বে রুরম্মী। অসিগী মতুংদা ইমাৎকী গৌরবী লোইরগা, কয়কয়দা কময়নথি।

৪৬। মথৌপুং থেনলোংগী কাউচন লাইলেনবী ( আপালথোইবী ) থৌনিরবা মিংথৈ--লাইশোন।

হুঁং চফা কোয়ৌ অবাংবী, বাচম আপালথোই কোমথৈ অতাম্বী, সোংলেন অথাপ্পী, থোইথোম লাই মরু শিদবী, থোইরা থোঙ মরুপী, কোয়ৌ মি-নোংখৌ, বাংবা মি-কাসা, থোংলেন তরাগী পাম্বে ওইরিবী। তিনলমলেনগী অচেৎপি, তাইপংপানবগী থৌরাইগী তুংনকম ওইরিবী, তাইপং লাংথাক—লাংহৈ শাকাবী, মতম নাইদনা শিজেন লৈশাংতম্বী, তাইপং অপকমাগী ফুলেপ চাংজৌ ওইরিবী, য়োইবু নোইমু থুমলৈমা। হিলৈমা—য়াইলৈমা, হিকুবী—য়াইকুবী, হিপোকপি—য়াইপোকপি, য়াইমা কৌনা কো-লোই মিংহুমবী, য়োইবু তম্পাক লৈহৌ-কবী, তম্ফা নাপল উবাইবী। নলি চৎপী, তাইপং লৈহৌগী লৈচং—লেনকু ওইরিবী, শিদবা মপাল থারিবী, নাদবা মউ লিংজিবী, তমফা মংগী নয়াথংনা, মালেম তাইপংপানববু পামজম্বী। তমফা নডাল অয়াবী, নচুনা তোংচেং নোংথাংগুম, কচেং মডাল নাইরিবী। মালেম লৈলোন মচু তরেৎনা লৈতেংবী। কোয়ৌ নোংমা উদবী, মালেম লৈমা কনবী, খোমলঙবু পাজল চৈশৌ, অমা পোখানকমবু ওইরিবী। অহিংববু হিংননবা থৌরাই ওইরিবী, তমফা থোইথোম লাইলেনবী

মহাকপু, কোরৌ নপায়েং, খোইমোম নত্তোম থবনা, মাবনী খুং-ভপ্না, মুকমু লৈত্তোন কোন, কাউপি চিনপা লুরক্না, খুংকাং চাংজৌ তরামক চেপ্পা নোননা, পালেম ইমা মহাক্কী নকায়কমদা, ( শাগৈ-ইয়েক—সালাইগী—মমিং কৌবা—কৌবী ) অনি অসিবু, পুন্সি তোন-লোই মহে মানবা, মাইকথোইবু পিনবীয়ু হায়না, ( শাগৈ—ইয়েক—সালাইগী—মমিং—কৌবা ) তাইপংচানবু পুনেমজরিয়ে।

খোয়ম লিখুন— মুপাল থাবগী খোয়ম খৌনি মিংথৈ-লাইশোন পরিং অহু কাইদমা, মাইকৈ শাকপা লাইশিং খৌনিবা লোইয়বা মতুংদা, মিংথৈ-লাইশোন অসি শোয়মম্মী।

৪৭। লু—হোংগদৌরিবী মুপী মশা শেংনবা নাহায়বোন মিংথৈ-লাইশোন।

মুপাল থাবগী মুপী (চাপোকপি) মশা শেংদোক্নবা নাহায়লোন মিংথৈ—লাইশোন অহুমা শেংমোক্নম্মী।

৪৮। ইমুংগী মোংবা শা'শেন্দ', লু—হোংগদৌরিবী মুপীনা খৌজিনবা মিংথৈ—লাইশোন।

হুঁং মাইপিলেন শিদবা, মাবা কোনথাং-সাদগী, মমু পোং-থোক মথংলেম্না থেম-তম্বা, চিংকু নখোজেল'ন', লাংপন খোইমু খোনতানবগুম, কংহুনা মালেম মপুং লাক্না লমহৌরকপা, লাংপন তাউম্না তৌলিক লাইবু নহাক্না, ইমু মচেং খোমনা, থাপি শেন-কোয়লেন অপানবদা, মা তোমনৌ হুনবা, খোৱাই-মিপোকপা

মমু পোংশেন্না. লুমাং শমচিন ঙাইলেনংঙা পন্থৌ কৌববু চাউ-খুম্না. লৌমাই শমচিন চাপ্পমরগা খোইয়ুম লাইগী মশক ওইবা, লুত্ত শমচিন কিশিনমঙ্গা পালেম কৌববু চাউখুম্না। চিংড় খোইয়ুম মতিক—নঙালনা নমু তাইপংচাবু শেম্নীরিবা. অশোইবদা কুপীযু চেংমবদা চাকপীমু। (শাপৈ—ইয়েক—সালাইগী—মমিং—কৌবীনা), খোংদোয় হুনবু খৌজাল মিথয়েং সানথৈবীহুনা, মাইক মহৈ পিনবীমু হায়না, মানবী খুংতপন, খুংকাং চাংচৌ তরামক. চেপনা নোননা, মালেম খৌটৈ লৈপাইনা. চিংড়বা খেইয়ুম মফমলাংদা, মঙ্গ মুপীনবু পুনেমজরিবে।

খৌরম লিখুন—অসি লোইরবগী মতুংদা, শোমপুং (মখোপুং)গী মনিংদা, মালেম লৈমাইদা লৈশেমলোন পাকল মেক্কমম্মী। অতুগা কাউচন কাল অহু, কিরাংঙৌ অঙাংবা অমনা কুপ্পগা, পাকল অতুগী অথক্তা থানরম্মী। অতুগা মুপা অতুনা মাগী কবকমলাংজগী হোৌগং- হুনা, চিংথৈদগী চংলক্তুনা চোয়দা, মালেম লৈপাইমা, লাইনিংখৌ- লাইলেনবী অনিমকপু পুনেমজহনা, খুৎশা মঙাংক্লা কাউচন কাল অহু শোক্লগা, লাইপক্তা লাংলগা কম্মরম্মী। অসিগী মতুংদা নাহায় লাইজনা মাগী মখুৎপাক্তা হাপ্পিরগা, মালেমদা অতুমলক চম্না লাংলগা, লাইজ চিন্দমহুন্না হবচাং কয়াৎ তরামক, ইনাৎকী হৌনবী মতুংইমা শেক্তুনা খোইয়ুম পাউতাকরম্মী।

৪১। মপাল চোয়দা মপানা মচানুপীবু মাইকখোই পাউতাকপ্পিনবা মিংথৈ-লাইশোন।

হুঁ' শিদবা, ইপাগী ইবেম্মা ইমোম লাংলেন। হরিনা পন্থৌ ইপানে, হয়ানা পালেম ইনানে কাউকরোই। ইপা—ইপু, পাম্বি-পুরি, শাগৈ—ইয়েক—সালাই, চিংতু খোইরুম লাইশিং থৈমিক থংনা, নামুং সালি পন্দোপ লোমগ্রবনে। ইপাগী ইবেম্মা ইমোম লাংলেন, নৈমালেন শিদবী, অবাং মাংশোক কাচাউ য়াবী, পালেম মমাগী হৌম—লিচং কাইকরোই। থরাই খোজাল লানকরোই, মিথয়েং কাযলনকরোই, মমং অনি শুকরোই, পালেম মমাগী ইনাংকী শক্তম হোংকরোই। মাদ—য়েঙ্কনা, লাংকম মতাং অথেন্ন-বদা মোংমা হেদো নাহে চন্দনা, পুন্সি মথোই হেন্ন', পন্থৌ পিখোয়লেন, পালেম পিখোইলেন য়োনা, হৈরাং—লৈরাং মচা থায়বা, ওই-য়েং নাইনা, থংনা, তয়া অচা-অথক য়াত্ত, চায়ে অহন তয়া, পুন্সি মুংশাংনা, মুংতায় য়াইপি ময়াং কাইনা, তেক্ত-কাহদনা, তিনখোং-লাইখোং থিনা পাম্বি—পুরি মথক থংনা, হায়ি শিদবা লাইয়িংলৌ, হয়া লাহলেনবী নৈমালেন শিদবী অনিগী তাইপং শিন্থাকরো।

থৌরম লিথুম —হুগী অহুনা ইমুংদগী থোয়ক্লগা, মপালগী চোয় মহুংদা, থুদৈ কিদক কিথুপ নাহবা অমগী মথক্তা, শেনজা মমেক অমা হাপতুনা থবা অহু, মাগী মথুংপাক্তা হাপ্লগা, মালেম নৈথাইয়া, অবাং-কৌত্রু ওয়া, পন্থৌ মপাগী মমাংদা থম্মহুনা, মপাবু পুনেমহুনা লাংলিথৈদ', পন্থৌ মপানা মিংথৈ—লাইশোন অসি শোয়ক্লবী। অহুগা মচাহুপী অহুবু লৌবাই শন্নাং মথুং য়েংনা অহুমক হন্না মাহুবীহুনা মপানা য়াইকখোইবু শিমন্দী। অসি লোইবগী

মতুংদা কুপী কচুনা লু— থাংকপগী কয়কয়াংদা কয়গা, মথুক্তা নাহায় লাইজ থাম্মিচুনা মপা পোংদোকরম্মী। কয়কয়াংদা কয়ত্রিইন্ডগী মমাংদা খুৎচা মচানা লু-হোংবাল চত্নু লে ক্রগা লইপক্তা লাংনরম্মী।

৫০। লুহোংবদা পা-পি অনিমক কয়লবগী থৌনিমবা মৈংথৌ-লাইশোন।

উং—হৈ, ভয়কা পুকৈ কুমাবী, য়েংবৌ লায়েকপি পুন্সি মথোই হেনহনবীয়ু। অমাং সারু লুতোংলৈবু লৈপুম মপুন যানা পুনহন-বীয়ু। য়োমলবা খায়োম্বু চায়োম মপুং কানা য়োবীয়ু। মালেম লৈমাচ ক্লান্নবী, অংবৌ সাচি অচেংপী, লাংপম মরি তৎহনবীগমু। ভয়কা কোয়ৌ নথুম হৈবু পুন্সি থুংশিনবীয়ু। অকোং তত্তনা অমাই কংদনা থৌজাল লনকুবীয়ু। য়াইপি কেনদোং থাম্বী মমাং হৌদনা, লিক্লাং লংকেন চন্দনা, হুমচিং হিকোক লিক্লানা, চিংথৈ লৈনা লৈহুনবগুম তম্বীয়ু। ইনপি পুক্লিং চেংমা মপোক থোইমা য়ানহনবীয়ু। লাইজ ইলেন পুংগুম পুক্লিং লিকা তম্বীয়ু। (পা-পি অনিগী, শাগৈ-ইয়েক-সালাইগী, পুলোম অহুম অহুম থিনা), কংবা ওসি য়াইকবা কোয়ৌ নোং অসিদা ইত্তিমলবনে। পালেম মমা পোকমাবীনা ইগী মপুং কারগে, ঔগ্রি কোলোই লিকা-লিপুনলগে, কজেল কোলোই লিকারগে। পালেম ইমা নহাকী মকায়রকমদা, থুংকাং তবামক লোয়া, চেপ্পা লোয়না, পালেম মমা পোকমাবীনবু পুনেমজরিয়ে।

থৌরম লিথুন—কাউচনবদা পা-পি অনিমক মাগী মাগী শেম-থশিংবা শেমজনা কয়লবা মতুংদা, মিংথৈ লাইশোন অসি শোয়রম্মী।

মিতম ঙা মৈথৈ ডমুনা, লাইজ ইরোনমুংদা থামল্লবা মতমদা, অক-কপ্ত থৈবিকপু, খোইয়ুম তাইপং পাউখংনশি। তিনকোক—লাই-কোক্লশি হায়না, খোইয়ুম লাইমাবশিংনা নামুং সানিনথিবা মতুংইমা, ওসি কোমৌ ম্লাইফবা চুমিংকী নিংসা কাংলোন পুংকমদা, মেং-থংবা থুংপায় লেমলৈ ঙানা, ( শাগৈ-ইমেক-সালাইগী-মমিং-কোবা ) মশুমুপানি। ম্লাইগী থুংপায় লেমলৈ ঙাবা, পি—পা অনিগী লোইনবা মিলেন মপূমি। ৩ঙ্গ-থংবা থুংপায় লেমলৈ ঙানা, ( শাগৈ—ইমেক—সালাইগী—মমিং—কোবী ) নশুমুপীনি। লেমলৈ মিতম ঙা নখোয়না, লাইজ ইরোনমুংদা নপাংলক্তা তিন্দুনা, মুঙায় ম্লাইপি মম্লাং কায়না, পুন্সি মখোই হেন্না চুংশাংনা, পঙ্কৌ পিখোয়লেন, পালেম পিখোইলেন ম্নোমা, হৈমাং লৈমাং মচা থায়না, মশক থংনা, পুন্সি তোনলোই মহৈ য়ানবগুম, নপারি-নমোম অনিস্থু, তাইপং—মালংপামসিদা পামজগে। হে খোইয়ুম শিদবা, চিংওু লাই নহাক্না চুকলি—চুকফা ওইবীয়ু। খোইয়ুম মকমলাংদা, থুংপাক লাইথন শানা, মালেম খৌলৈ লৈপাইনাঁ, তাইপংচানবু পুমেমজমকই হায়না, লেমলৈ মিতম ঙা নখোয়মনা চিংওুবা মকায়কমদা পাউতোয়বীরমউ।

খৌরম লিথুন— লিকা-লিপুমমিথৈগী মমুংদা, মিংথৈ-লাইশোন অসি শোন্দুনা, সামু মীকোক অহুম্নাং, থাম্বী মৈমা পায়না, নোং-পোক হারম মাইয়োন্দুনা, নোংপোক খোংদা ( পুন্নি ) লেমলৈ মিতম ঙা থানরম্মী। অসিদ্ধি মতুংদা মুপী অহুমা কমকমলাংদগী হোগথুনা, কাউচন কাল অহুবু ( মালেমনা কোমৌহনবা চুমিংপু

কোইবগুয়া ) য়েং-ওইমনা ফরেংলক হয়া কোইনরম্মী। পম্বুং য়ৌবা খুদিংগী লেপ্লগা, চুরেংলক হয়া মূপী অচুনা, মুপা অচুগী কোকথোন মথক্তা লৈ চাইনরম্মী। অসি লোইরবগী মতুংদা, মুপী অচুনা মাগী ফমফমলাংদা ফমলগা, পুান্স ফুলেন লৈরাং পরেং অনিবু মুপা অচুদা হায়া ভকোয় হুক্নরম্মী। অমা লৌথোক্লগা মুপা অচুনা মুপী অচুদা অমুক হন্না হুক্নরম্মী। অসি লোইরবগী মতুংদা যিচি কিচি কিচুনা, মুপীনা মযাং থানা, মুপানা ফুংথংনা চেংবা সাংলেম্বদা চংচুনা, ওই-য়েং নাইনা ফমলগা, ইনাংকী থৌরম থৈবিক তনা পাংথোক্লম্মী।

৫৩। লমলাই ( লাই-তিন ) থানবা যিংথৈ-লাইশোন।

চিং—হৈ, ভক্তা পুকৈ কুমাবী, য়েংবৌ লায়েকপি, ইস্নুং-হেক্লবগী খুঙ্গংলোন্দা লাংবোনলে, নোংলেনবী, নামহোয়ম্ন, ইস্নু-লেনবী, থমশোলেম্বী, তম্লুলেমবী ( তকলোইরেম্বী ), চাউয়ুলেম্বী থমপোইলেম্বী হম্মনা মিংহুংবী, মপারি-মযোম অনিবু পুন্সি মথোই হেনহল্লবীয়ু। অমাং সাক নুংতোংলৈবু লৈপুন মপুন ফানা চংবিয়ু। য়োংলবা থায়োম্নু, চায়োম ময়োম মপুং ফানা য়োম্বীয়ু। য়ালেম-লৈমাং হানবী, কোয়ৌ যোংমাইহানবী, ভেংবৌ সাজৈ চেংপি, লাংপন চিংশাং থোইলেন চিগুম্বু মারি গুংহনবীগনু। তক্না কোবৌ মথুব হৈবু, হৈমাং-লৈমাং মচা থায়না য়ানহল্লবীয়ু। লাংপম নযান চৈবু পুন্সি থুংশিন্নবীয়ু। অকোং-ভঙনা, অয়াই-কংদনা থৌজাল লমকুবীয়ু। য়াংপা কেনদোং থাম্বী মযাং হৌদনা,

তিক্রাং লাংকেন চন্দনা, কুমচিং তিকো'ন লিক্লাম', চিংথৈ লৈমা লৈতনৎশু ছুহবীয়ু। ইনপি পাক্লিং চেংনা মপোক খোইবা' মাবকলবীয়ু লাইঙ্গ ইলেন পুংশুম পুক্লং লিশা ওমাম। (শাথৈ-ইয়েক-সাল'ঙ্গী-মামিংনা), খুংকাং ওবামক লোমা চাংকো চেম্বা মোনমা মাংলেম পৌথৈ লৈপাইনা, পোইথৈ লমদম আসবু কোনবীরিবা, লাংবোন য় থী (থমিং) ইমা মহাকী মকায়নমদ' পুনেনৈ।

খোঙম লেখুম— মখোপুংগী মাকংদা (মাংশোক খেনলোংদা), পোংলম ৭ খোক্ক লিক্কথুংদগী হেথা-লৈথামগা, মিংথৈ-লাইশোন অসি শোল্দুনা, লম-লাই থামমন্মী।

৫৪। অপোক—অশা (লাই-তিব) থানবা মিংথৈ-লাইশোন।

হুঁং শিমবা ইপুংতোদি মপুখো অপোকপা, পোকলেন পোকপা, খাংলেন খ'ংপা, লাইম্নিংখো। ওোকম—শাংকম ওইমবা, লোইকম—লোমকম লে'প্নবা, ইমুংলোক্নগী পুমুংলোম্মা লাংবোনলেন কোক্ৰ, থাংচিং, বাংবলেম, থৈবম তায়ৎমলেনবা, চিংথৈ সংলৈতোন খাখংবা, মাতচিং, লোইয়ালাকপা, মোংপোক চোংথে—লাকপা, লৈখক-লৈথা তাঙ্গকো'লেন শিদবা, লাইপুংখো থাপল, অখোইবা-অহেমবা, খাইয়ুম শিদবা লেংমা তিনবীবিবা মকমলাংদা, ওলি কোয়ৌ-নোংগী থাপি চেংচেন্দবা, থাপা লাংনখেবা, থাবী-পানবা-কোনবা-মুমিং অসিদা, (শাথৈ-ইয়েক-সালাই-মমিংনা), লিকলমবা লৈলপা কাংথুলদা থাবনি, নশাগী ছুবমনি, মকদগী চোবনি, মযোলদগী শাংপনি। মপানি—মযোম অনিদু, মাইকখোই মইেমু

শিমবিযু হায়বা, মাপবী থুংতম্বা, থুংকাং চংঙৌ তৎপক চেপ্পা মোরবা, নাকেমবা লাংমাং হৈতবা তাবগুম পুনেবক। তাম্ব্রি-ম্বা-তাম্বুম।

খৌরম জিথুব— নংখৌপুংগী মখিংদা, থাগী মাংশোক থেক-থোকপ, পোংলেম ৯ খংক্রু, 'ক্ষিরকথুংদগী হৈথা—লৈথারগা, পোংল-লমশিং অহু থবা থবা খৌরগ লমুপাল থাবগী কোম্থোং মপাকপা থাদোক্লবা খিংথৈ-লাইশোন অহু শোন্দুনা হাল্লা থাদোক্লরম্মী। মতুংদা খিংথৈ-লাইশোন অসে শোন্দুনা, অপোক-অশা থানরম্মী।

( চাণ্ডরা অমা নক্লগা খৌ অমমা চেনথিনা তারবদি, লম-জাং অপোক-অশা ( লাই-ভিম ) থাবগী খৌরম অসি অমুক্কং হন্না পাংথোক্লরম্মী )। অসে লোইরবগী মতুংদা হুপী অহু হুপা মথুবদা, নংঙাইরংখৌ—লৈমাকেন অনিগী মখৌ-মতম নংনবা থিন্ন-রম্মী। অহুগা পুখ্রি নংঙেং তাদনবা লাইচ নীশংদি, মখৌপুংগী খৌরমগী ইমাংক্ষু অহুগী, লাংজ নীশিং অহুনা পা-পি অনিমক্কা হুমিং মতোন চুম্‌, চা-থক্লরম্মী। অসিগী মতুংদা শো হাংবা, অসাই লুপ-কোংবদা পুবনাথবা, কুন্না লাইরুদা থমথিনা কিরক অহু, (কিরক-হুংশাং) কাম্লবা, চাকৌথনচিংবা ইমাংগী খৌরম থৈথিও লোইনা তনা পাংথোক্লরম্মী।

( মতাং অসিদা মানংতবা, খৌরম খৌনি খিংথৈ-লাইশোন থৈরে )।

৪৪। হুয় শাংকাবগী খিংথৈ-লাইশোন।

থাং থৈ, চফি-হে-কয়া-হে, খোংতাকলেন শিনবা। লুরাং অহৈবনা ( পিশাতাউনা ) খিংথেং সানথৈবীদুনা, কয়াং (?কদোম) মাপল খোঙ্গা পাব্রিং—লাংশাং হুনবীদুনা, থাপি চেংচেন্দবা, থাপা লাংনংদবা, য়াংথবা মুমিংকী নিংসা কাংলোন্দা, (খোংতাক কাব-খিবা, যানখিবা অনিগী খেনফমদা), উপি—উলেন (উরেপ) হম্পুনা মাইকে মরি, শুংতাম লাকয়েন নিপালদা লৈখিবা, অখোইবা-ডলেবা তিনমু—লাইমু কত্তবা থৈবিকপু তায়দনা ( শাগৈ—ইয়েক—সালাইগী —মমিং) অসিনা খোংবা শংলেন মঙ্গং অসিদা চবা য়াবে হায়দুনা, মোংবা মরানয়াই উলাবকমদা ফুংতাই য়াইকনা, পুন্সি ফুংশাংবা, তোনলোই মইহ য়াননা য়াতাজমগে হায়দুনা, চিংডুবা খোইদুরে নংমলাংদা, হক্লাং চাথৈ যেং, নাকলু ফিয়াংনা, মুকমু লৈতোম বোন, খুংকাং তমাবক লোয়া, চাংজৌ চেয়া—যোমনা, মালেম লৌথৈল লৈপাইনা, ওইপংচানবু পুমেমথৈ।

খোয়ম লিখুন— ইমাংকী হৌমবী মতুংইয়া খোংচিন মমাংদা খিংথৈ—লাইশোন অসি শোংনম্মী। অসি লোইরবগী মতুংদা, ইমুংগী মৈলেন কাদা, হমদাং মন্দনা, য়ুমমাই, য়ুমথ্রাং মপা চানা ফুদা লিংবা অমুদা, মপু তহমগী কানখোং (য়োংশবী) থাদুনা, মপায়াংবগী উচাম ফুলাপ অমা পাইদুনা, থাম্বী থৈ ১দুনা, ইমুংদা হায়া চংলক্লগা, ফুংকা (ফুদা) থৈ হায়া হৌমরম্মী। মথংদা ইসায়মু লাইজ জৌশিং য়াওনা ইমাংকী থয়কমদা থয়রম্মী। চেংমু তরা চে ( চেংপি—চেপা ) ৯াওনা, ইমাংকী খোয়ম কোয়বা থৈবিক তুনা, থয়কমদা থয়রম্মী। শেংকইরবা, অক-অপান (অপান-অক) থৈবিক পুশিন্দুনা

থমৃকমদা মকম চানা চানা থম্মী। অতৈ পোং-চৈ থৈবিক লোইনা পুশিন্দুনা থমলংখ্রু, কমুং-কানহুংদি পুশিন্নমদে।

৫৩। মুং শংকাবগী উপি-উলেন থৌমিনবা মিংথৈ-লাইশোন।

হা—উং—উং—থৈ, হরি—হে—হয়া-রে, হে উপি-উলেন মহাক্কী মমিংদি, ভলং খকখং—খকনাইদবা কৌয়ে। উলেন মহাক্কা হি-য়াই থৈবিকপু, লিকথাং মাইনা, নোংমা নোংমগী হাম্বিহুনা লোইরে। হৌজিক্তি মহাক্কী মরুপ (শাগৈ—ইয়েক—সালাইগী—মমিং) অসিগা, উলেন মহাক্কা চিক্লা—চাম্রনা লৈখিমরো। উলেন মহাকপু অশাও থাম্বী মৈহৌনবীগম্বু। পম্মৌ ইপা শক্লা লেংদনা লৈবিয়ু। উলেন মহাক্কা মহাল—নোং মালেমদা উমুংবদি (হুনবদি), হা—লা—সা মিংথৈনা মুংবনি। হৌজিক্তি, হা—লা—সা, সা—লা—হা, লা—হা—সা, মিংথৈ মাপল অসি মপুনা পিয়বনি। উলেন মহাক্কা মপুগী মিংথৈ মাপল অসি কংলবমিনা, হৌজিক্তি মপুগী য়াথং কাইকদে। হরি—হয়া—হায়ুব।

থৌরম লিখুন— ইনাংকী হৌনবী মতুংইন্না লাইয়িংথৌ, লৈমালেন অনিগী অথেনপোং লাংহুনা থৌমিনরম্মী। উপি-উলেন্দা, থুদৈ ফিদক ফিথুপ মাইবা অমগী মথক্তা, তরেংকী শেনভা মরেক অমা হাপতুনা, ইনাংকী হৌনবী পোংলম থৈবিক শুনা লাংনরম্মী। মুমপু অহুনা মমাই মোংপোক হায়ব মাইওন্দুনা, উপি-উলেনগা ভাইনমা (থংমনা) কন্নরম্মী। অতুগা মিংথৈ-লাইশোন অনিশোন্নরম্মী। মতুংদা সংলৌ মখেল লাং, ভারম ৭ থোং, ভমা ফুলে।

মঙা ( মংলেনকেম্বা ), লুবাং (বাংকোক্লেম্ব ), খুমন (খুমলোলেম্বা), খাবা ( খমলোলেম্বা ), ভানবা (ভানলোলেম্বা), অঙোম (চাইঙংকেম্বা ), মোইরাং (চোংথেন-লাকপা ) কৌনা ইয়েক, কুলোন ওয়েৎ, লোংলোন মাপলমক্তা মুংথুংকম ওইবা, কুলোন কৌবস্তু ইপুংলো মহাক্নে। লাইপুংথৌ মাপলনে, লাইমুরা ওয়েৎ কৌবস্তু ইপুংলো মহাক্নে। মুমিৎ, চয়োল ওয়েৎ. থাপুম, থৌবাইমিচাক নোংথৌ মিং দবনচিংবা, লৈথা থৈবিক মিংহু-বস্তু ইপুংলো মহাক্নে। য়েৎথংবা মিৎমানা নোংমাইচিংনে, ওইথংবা মিৎমানা নিংথৌকাবনে। য়েৎথংবা মাকোংনা লৈপাকপোকপনে, ওইথংবা মাকোংনা মুমশকৈসানে। য়েৎথংবা নাতোলনা শাগোলসেংনে, ওইথংবা মাতোলনা ইংথইনে। মানা থাংচনে। খুৎ অনিনা খুংম. মাইকুল ওইরে। খোং অনিমা খুরাই, থাংথৈ ওইরে। অঙ্গমা অংলুপ পানা, নাচাকপ পানা, খাবম পানা, লাইকম পানা, কৌনা খায়বস্তু ইপুংলো মহাকনে। ইকচাং লাংপুম্না কংলা ওইরে। কংলানা তুকং ওইদুনা পাকল ১০৮ না থোংকম ওইরে। মাংশং-খোং, খা-খোং অনিমক্তা থাবমে, চেংতানে অনিমক ওইরে।

নৈমু-পোং ভাইপংচাবু শেমদুনা থৈ, ঈশিং, নোংশিৎ, মালেম, ভঙিংতা ময়ান মুং ( সংলেন ) ওইদুনা থংহন-উহন্দনা, মিপা খানা ভয়ক্লা, অমম-লৈশানমকপা, হে খোইমুম শিদবা লাইমিংথৌ। লাইপুংথৌ মাপলবতা থোংনেং খুবা ওইবা, মুমিৎ চায়োল ওয়েৎ, লোইদাম খাপুম ওয়াগানিথোইনা কুমঙম-কুমখায়বা, নচু-নয়েম্বা কিশেং চাকচা ওইবা, খা-খোং, লাই-খোং, মলোং-খোং অহুমক্তা

পৌগমলিবা, ইরম অচুম, খোংলম তুরেৎ, ইশা মাপল, শিংথায় ১৬ না লেংবা নৈরাং পরেংনা, ঙকতোর হেনবগুম হেনবীরিবা। অখোইবা-অহেনবা খৌরাঙ চায়না মিংকৌনবা, চিংগু খোইমুম লাংয়ান'শংনা লেকচুম ভলোং পাঙহুনা খৌভাকহনবা। কোবো লোংনেমথক্ত পানখোইবী, মালেমদা তিনৈনম য়াইথৈনমা, তিপোকপি য়াইপোকাপ, তিকুপী য়াইকুপী, য়াইংমা কৌনাং মমোম লাইমুমা ভরেংনা য়া-হকচংলেনবু খোমনপিবা, নমু ভাইপং চকচাং খোং-লোন মাপলমকপু নাল লিতিম্বা, হে খোইমুম লাইনিংথৌ। মুমিৎ চৈশিং লাকহমদনা খোকপগুম চানখোইবীরিবা, নমু ভাই-পংচাবু কয়মা লোইথিগবনো খোইনা লুমা ( খোইক্লবা ) মিতমকপা, কুলোন হরেংনকপু সালাই য়েকহৌ শম্মা বারক-খোদা ওন্থীবা, মমুপোংচাবু লাংপন কাউলেন সনংনবগুম লেনবীরিবা, মৈনা মাই ভাংনা শম্মা মাথৈনবা, নোংশিত্তা কাইদোং ওইবা নমু ভাইপংচাবু য়োকপিরিবা, অমম্বা লিকলম অঙানবা খোবম, অপোক অশি-মচং থৈবিকপু নোংতম—নোংখাইবিরিবা, ভাইপং নোংসা-পামপী মৈ-ভলাং ঈশিং-ভলাং, নোংশিং-ভলাং মালেম-ভলাং, মুভিংভা ভলাং, মভাবকপু খুহুম ( খুংখুম ) ওইবা অলিবা লাইয়ো।

মখিংদি হৈতোমলেন, মানতোমলেন; য়াইতোমলেননা হৈলোম মাবু খোকহনলি হায়বগীবু লাইনিং-শিং লালি শিদবা মকৌয়ে। খোইমুম ভাইবাং নৈবা থৈবিকপু সাইবোন্দুনা ওমতায়বৈ হায়বগীবু ভাইকো'লেন শিদবা মকৌয়ে। ভাইপং মালেম থৈবিকী হিংনবা শিদ-য়েন, মাদ-য়েন ওই হায়বগীবু, ভাইপং হিং-ভম্বা ( খোংবা

চনবা ) মকোয়ে। মালেম তাইপাংব অমুক কয়া লৈশেম-মুংশেম্বী হায়বগীবু অ'সবা মকোয়ে। কোয়ৌ নোংলোম মাপল, মালেম লৈলোন ভরেৎপু, নোংমদা ভরেৎকক হম লৈকোয়থৈদা. মালেম তাইপাংগী মমথোং খুঁদং থৈনা, পিবালেন ওইখি হায়বগীবু. কপজেং শিদবা মকোয়ে। মপন পম্বৌ মপাদা পম্মুনা লৈ হায়বগীবু, লাংউলুবা মকোয়ে। লোইদাম থাপুম ত্তবা, মাংগী লৌবুক্তা লাংশায়হুনা. সাইরেংমা লাংবোনহুনা সাকোংলকই হায়বগীবু, কু—গিং—চি—পিবালেন মকোয়ে। তাইপাং থোরাই মত্তাবু অমতা ওইনা, মিগা থানা তক্কমকপু, হায়ু শুবা নৌরাশুম, লৈশেম সাইবোন পুহুনা লৈ হায়বগীবু. লংপুম শিদবা মকোয়ে। তাইপাং মালেমদা অথোইবা অহেনবা লাংবোনলে হায়বগীবু, হে—লে ( হেমলে ) শিদবা মকোয়ে। তাইপাং-মালেম লৈবা থৈবিকপু তুনা লৈশেম সাইবোন-লাংবোন পুহুনা লৈ হায়বগীবু. লুক—লুক শিদবা মকোয়ে। তাইপাং থোরাই মত্ত, মিগা থানা তক্কমক ওই, মালেম লৈলোন ভরেৎ, নোংলোন মাপল, মিহিং ১০৮, 'শিংলি-লাউলি, পাকল-চিংবা লৈবা থৈবিকপু তাকপি-শেনবীহুনা লৈ হায়বগীবু, থোংঙাকলেন শিদবা মকোয়ে। তাইপাং মালেমগী কুমশং, চহি, পুঙ্গ, মতম, মিংকুপ, মাহুম, কোজায়, পুংজাবচিংবা থৌবিকপু মিংহুমহুনা শিংথেক-শিংথাবিরী হায়বগীবু, নোংপোক (অপোক) অপামবা, চিংঙু থোংতম্বা, থোইমুম মতাবলোই মকোয়ে। লৈবা থৈবিক মশাদগী হুনবনি, মকদগী হৌবনি, নয়োলদগী শাংপনি। অনিনা অমা ওইনা, তিনলিলেন শিদবা কৌবা থৈরেম

লৌবুক্তা লৈবনি। লিকলমদা কাইপা, কংথুপদা অতুম লেংক্লা সাথায় লাংবোন পুই হায়বগীবু মক্ক শিদবা মকোয়ে। মক্ক শিদবগী সাইবোন লাংবোন অনিমক পুই হায়বগীবু, তাইপাং শেম্বা শিদবা মপু লাইথিংথৌ মকোয়ে।

হে খোইয়ুম লাইথিংথৌ নমু-পোং শেম্বা। (অংগম-ইয়েক-সালাইগী মমিং কৌবা-কৌবী), অসিদা কুলোন তরেং, খোংলোন মাপলদা চাদ—লাইহুই হৌরিবা (থাংজ) হুনি কৌবা লাইনা, তাইপাংগী হক্তা (হকচাং) চারিবা য়েংলিবা অসে, ঙসি কৌবা লাইশু ইপুংঙো নহাক্নে। হৈয়েং কৌবশু ইপুংঙো নহাক্নে। হংচিং কৌবশু ইপুংঙো নহাক্নে। মসেম কৌবশু ইপুংঙো নহাক্নে। মং কৌবশু ইপুংঙো নহাক্নে। মকাপ কৌবশু ইপুংঙো নহাক্নে। মসিং কৌবশু ইপুংঙো নহাক্নে। তাইপাংচা ........ অসিদা চারিরা য়েংলিবা থাংজ কৌবা হুনি লাই, নহাকপু তিনবোক—লাইকেংকপিয়ু চায়না, খোইয়ুম নকমলাংদা, তাউচিং অথেনপোং লং, লৈবাং লৈহুন তং, ইলাংফু য়াও, মানৌ থেং, মালেমদা লৈশেমলোন পাকল য়েক, লোইথোম কৌ ময়োন থা, অনৈচাক শেয়া, মেক্রুক কমপি মৈথু থু, পোলোই মশিনশু থাম্বী মৈরা থান, ইনাংকী তৌনবী পোংলম থৈবিক গুনা লাং, লাংজমবু, চিংঙ্ পাইশা লিনখা থাবীগনো। মাইক মিংয়েং তাচুমা সানথৈবীহুনা লৌশিনবীয়ু। তাইপাং মোংসাপায়ে, কিক্লাং নৈওই মাতৈ চাদনা পানবা তাই-পাংনে। থকশি কানন খংদবা তাইপাংচান, মালেম খৌনৈ লৈপাইনা, কাউপি চিনগা লুক, মুক্মু লৈতোন কোন, মানহী

থুংতম্না, থুংকাং চাংজো তম্বাবক, চেপ্পা নোননা পুনেমজারিয়ে। চয়ি—তম্না—হায়ুব।

খৌরম লিথুন— ইনাংকী পোৎলম থৈবিক লোইনা শুবা লাংবরম্মী। অহুপা ( য়ুপাল থাবগী, ইনাংফু ইনাংপগী মিংথৈ-লাইশোন পাগ্রিং অহু, মথং-মনাও কাইদনা, মাইকৈ ভ'কপা লাইশিং খৌনিবা লোইরবা মতুংদা, মিংথৈ-লাইশোন অসি শোম্নরম্মী

৫৮। নাগোত ( নারান ) থৌনিনবা মিংথৈ-লাইশোন।

হা- হুঁং-হয়ি—হে—হয়া—হে, থাংজ কৌবা হুনি লাইনী মকম অহু য়েৌবদ', হয়ি—হম্না—হায়ুম হায়না কোলোইনবা, হে খোইয়ুব লাইয়িংথৌ। উংলৌ ( বুংলৌ ) অহানবা য়াইপিলম শিদবা। য়াবা কোনথাংসাদগী নমু-পোংথোক মথং লেংনা ( মথংলেম্না ) হৌ মিতমলকপা, থিলেন উংলৈপুংদগী লাবা খিয়াং মথৌ কাংনা লমহৌরকপা। খোইয়ুম য়াবা নখোজেল অহানবনা, লংপন থে'ইমু খোনভারবশুম, চেংলৌ শকথোং ওইনা ভান্নবা, ম'লেম লৈশিলকী ভোমনিংথৌ, মালেম মপুং লাক্না লমহৌরকপা, স্না কোনফুলেন, মালেম লৈশিলকী জলং নোংনিংথৌ, কোন্নৌ নোংমদোলগী নোংনিংথৌ মচা, য়োইলেন পাখংবা, অপোক লাইগুং হৌরকপা। হুমিং খোম্মদোন স্না ভাউপিলোইনাইনা, লোইদাব থাজ পাখংবদা য়াহিপ্পা, লাংপন ভাউস্না তৌলিক লাইবু ইমু মচেং খোম্না, থাপি শেনকোয়লেম অপানবদা স্না তোন্নৌ হুনবা লাইয়িংথৌ। ভাইপং খৌবাই অপকমা থৈবিকপু, লাংপন কাউলেন

তিনলিলেন শিন্দবা, শিনবা থুংবা লৈত্রিবা লাইরিংথো। তন্দ্রকা লংলোই থুকপ থোবা. তুংপা কাংবা লৈতবা, সায়া পাঙ্গল্ অথোবা, নোংলেন নোংশাবা, তলংলেন লাইজ ইথোবা লাইরিংথো।

সায়ুলেন মিহৎবা, সালেনগু পান্দব, শালোই-ভালোই মীথাবা, ইনপি লংবোম থুমিংদা, নমু পোংচন মিতস্বা. ওইমিংবতা ওইবা, তৌ-ংবত্তা তৌবা, সালৈগুং মীপাথোক, চেংলৈ লৈকালেন লৈনপ-কা কৌবা শিনবা লাইরিংথো। নপেংক থে ইয়া লৈতবা. হুই-লেন সালেন কাবা, ইংলো য়াইপিলেন শিন্দবা। তকুপ-তলেংবা, লিকপা লাই তনৌবা, তোংকুলেন মিলেনবা, হে নাথংজো, তো-শং-শং শংলিবা. য়েননৌ হংশংপা লাইরিংথো। -কুপ্তী-কুপ্তা শিংথাবা, ইমু ইলিং ইশংপা, য়েননৌ নাকংনবা কৌবা লাইরিংথো য়াইয়মলেন মিথোন্বও। হা—চেং, য়ু—চেং, চেংজো, হংজো, অংজো য়াইপোকপা, সনচুলেন তেনথাবা, পিলিংগু লিকাম্বা, য়েননৌ য়োম্নং ইহুনবা, ইঙাং ইথাবা, পেরে ইকংদব, ঔশাং চাইবা লাইরিংথো। লৈশি পিমালেন লৈমা পুগাহনবা, লারোই শিংলোই ভংবনা লৈশালেন পান্দম্বা, শিংলোই মাপলনা লৈশা ইলেম্বা, নোংথৌলেন পোংমাবা পাইয়া সালি মুংথংবা, যাবা নোংলেন নোংসাবা, মিংশা পান্দবু শুংভায় খরিমকপু, লৈথক-লৈথা অনিয়ক তুনা নোংলোন নোংথায়বা লাইয়ুংথো।

স্না হৈতোমলেন য়েননৌ হুনবা, হিলেন য়াইপি কোনবা, য়াইতোমলেন কোনবা হুয়েল (হুইয়েল) পামশাবা, মানতোমলেন পনজাকপা, চেংলো শক্তম লাকওমদবা লাইরিংথো। নহাল নোং

লায়েন্নবী। অতুগা (মুপান থাবগী, ইলাৎকু ইলাৎপগী মিংথৈ-লাইশোন পাম্নিং অতু, মথং মনাও কাইদনা, মাইকৈ চাকপা লাইশিং থৌনিবা লোইরবা মতুংদা, মিংথৈ লাইশোন অসি শোম্নবগী। (নারোত্ত থৌনিবদা হুনি মাওবা থৌনিবগী)।

মতাং আসদা থৌরম থৌনি থবাগী মিংথৈ-লাইশোন থৈরে।

৫৯। মথৌ য়াংকোয়বা (শিবগী) অহানবা মশা শেংদোকপা বাহয়েলোন মিংথৈ-লাইশোন।

ই ং—হৈ—উং—হৈ,
পাথেল উনিংথৌ উলাংবা,
উচাননা তাইলেননা (তলাইবা),
তোলহাউবা সম্নিবা,
হুহিনা থাংজিনা,
চাংলেননা উসোহনা,
পুংকাম্বা উচাউনা,
উলেন থোইরবদা,
চিংভু লাইনা কা,
খোইয়ুম লাইনা তোং,
খোংনেং—থুদা ওইরম্বু,
মিনম্বা—থানম্বা,
তিনচু—লাইচুবা কোক,
তিনশেং—লাইশেং চুম্বা,

পায়রে—শোংনরে,
তিন লরগনো—লাইরগনো,
লাইজ ঈশিং ইনুবীনা শেংলবনে।
হয়ি—হয়া—হায়ুম।

থৌরম লিথুন— লাইগী ওইবা নত্রগা মশাগী ওইবা নাহায় পোৎলয়া, নহায়লোন মিংথৈ-লাইশোন অসি শোন্দুনা, থংলেন-ফমদা অশিবা মশা অহু হায়া শেংদোক্লগনী। অসি লোইরবগী মতুংদা চেংহি উতি চুয়গা, মকোক অমনুং ইরুম পুনগী লাইজ ঈশিংনা ইরু-সাতেংনরম্মী। লোইরবা মতুংদা পা—পি অনিগী থতু ইয়া ফিশেৎ-লৈতেং অহনবা হোংদে ক্লগনী। মকোক মরু অহু ঊকায় ফাংনাল (শমচেৎ) হাৎনরম্মী। লাইপক্লা মালেম লৈসানা, মরশা পকসৈ নম্নরম্মী। মপাল লাইগী য়াথোকশংগী লুখুম মপালদা মালেম লৈমাইদা তাইলেন, ঙশা অমা য়ুংনরম্মী। তোংচেং—কুয়াই (কু) চমবদা, মশানা হিপ্পরম্বা কাংথোনগী উপাক অমা য়াওনা চম্নরম্মী। (লমশোনবীগী লময়াইদা মোম্নুনা বারে পোত্থা-ফম) কন্মাংদগী খোয়দৌ মপাদগী, মালেন লৈশা থরা লোৗরগা কুলেনমুংদা হাপ্পরম্মী। ইমুংদগী লোই (মুস্বী) অমসু মপালদা পুথোক্লরম্মী। অতুগা অসৈ খোনফাং লেংনা তিন, বাংলেন পুংখুৎ তোইনা, (বাকৈয় হিলান ইশৈ শক্লরম্মী)। ................।

৬০। ইনাৎকী হৌনবী থৌরম লোইবা মতুংগী শেংদে ক্লবা নাহায়-লোন মিংথৈ-লাইশোন।

কোরৌ মচি-ই,

অয়াংবম মপাউ-ই,

থাকপা পুলৈলোম্বা,

চিঙু পুলাংগনবা,

মলোং খোং ওনতেবা,

খোং মরু হক্তা য়াইওইবা,

পিথ্রাইবী চংশেম্বী,

খোংহাম্বী অশাবী,

নৈলিকপা—নৈলিকপি,

য়েং—থাংবে—ওইথাংঙো,

উ ভাংও—উসাও,

নৈমা লিলোন তোম্পোকপি,

নিংথৌ চগনবা,

কোংয়াং ওয়া শিমহৈবা,

অশেং—অরুবরু,

কোরৌ মচি শোয়সেন—ইনে,

অয়াংবম মপাউ ঙাইলেন—ইনে,

থাঙ্খুবা খুংতম—ইনে,

থাউঙনবা থায়তম—ইনে,

সেনলোই চেংলৈ লুবাং—ইনে,

কমপোং—নাউয়াং—ইনে,

লমফেন শোয়কাপ—ইনে,

ইরুবে—সাতেংলে,

পাগরে—শেংনরে—হেন্নরে।

হয়ি—হয়া—হায়ুম।

থৌরম লিথুন— নাহায়লোন মিংথৈ-লাইশোন অসি শোম্দুনা অশিবা মশা. পোৎলম্নচিংবা থৈবিক অহু অমুক হন্না শেংদোক্করম্মী। অসি লোইরবা মতুংদা, কুলেন মগুংদা. (মঙাং, লুরং, থুমন), মাইথা মরোল অহুম থানরম্মী। অতুগা কুলেনগুংগী মাইথা মথক্তা, হুরেৎকী শেনজা ময়েক অহুমথক, মপু অহুমগী তাংবল, মক্কম চানা চানা হাপ্পরম্মী। অতুদগী অশিবা অহু কুলেনমুংদা হাপ্পগা, কৈজুপ মরোল অহুম শুপ্লগা মকোক্ক। অবাং ওন্দুনা থাং-লেনফমদা থম্নগা, তাইপং ওইরিবৈদা হিংনবা, চান—থক্নবা, ইনাংকী হৌনবী পোৎলন থৈবিক শুনা কুলেনমুংদা হাপ্লগা. কিদো অমনা কুলেন মথক্তা কুপতুনা থম্নকম মফমদা লেংদনা থম্মরম্মী। (থৌরম অসিদা চংগদব ইনাংকী ওইবা. নাহায়কু. নৈহৌচকু (মৈকোয়চকু) মচিংবা পোৎলম থৈবিক শুমা থৌরাংনরম্মী)।

৬১। মথৌপুং—থেনলোংদা, কাসা নোংথো থৌনিনবা নিংথৈ-লাইশোন।

হুঁং শিদবা, কাসা নোংথো সালাইলেন, তাইপং থমক্লুং থুম্নাবশিংগী পারি—পুরি ওইবা লাইয়ো, মিংয়েং তাচুম্বা, নাকোং মাচুম্বা থোইমুম কোনথৈ অতাম্বা, শাগৈ-ইয়েক-সালাইগী-মশিংনা, (মপা মপু স্নাগী কৈয়াক কাথিবগী, পুলোন-পিলোন মমিং-মথা থৈবিক, মথং মথং হংবা), হঙৎনা থিনা, কোয়ো নোংথৌথক্তা

মাগী কৈরাক কাক্সখিবা মচাকপু, খোইয়ুম শিদবনা চিংগু মিংথোং সানথৈথুনা, লিকলমদা চৎলগা নশংদগী হুনররি, মকুদগী কাং-খুন্দা তৌবরি, নয়োলদগী শাৎপনি। চিংগু নশেমখোকী নশোম-খোক্ত খে ইয়ুম নকমলাংদা পুশিনবীয়ু। (শাগৈ-ইয়েক-সালাইগী মমিং) তাইপংচানা, মানবী খুৎকপা, খুৎকাং তরাক্লক চাংখো ক্রেপ্পা নোননা, কাউপ চিনগা লুক পুনেমজহুনা, তাইপংচানবু খোইয়ুম পাউতোয়জরিয়ে। হে খোইয়ুম শিদবা কোরৌ মপুলেন।

খোরম লিখুন— ইনাংকী হৌমবী পোৎলম থৈবিক্কা লোইকখরা, মিংথৈ-লাইশোন অসি, মখোপুং—থেনলোংদা শোয়ররম্মী। অসিগী মতুংদা, চংগদবা খোরাংকবা ইমাংকী পোৎলম থৈবিক্কা লোইকহুনা তম্বা লেংখোং মায়বা ইনাংকী মিশেংনা লৈতেংলবা মুপা মরিনা অশিবগী কুলেন অহু লেংদা থোংহুনা, চৎপগী মঙংগুর খোয়না ম্যাং থানা (শিংকুম লম্বী সৈশক শক্তুনা), মথাকম (পোৎলোইকম) ভাক্লা পুখোক্লরম্মী। অসাই মালেম লৈমা ইমাদা, হুরেংকী শেনজা ময়েক অমা তাংবল ওইনা লাংথিবা, পোৎলোইকমগী মালেম লৈমাইদা, খুৎপোম অমা ভাইরোম পাকপা, খুৎপোম অমা ভাইরোম লুনা, লেপতম অমা ভাইরোম শাংবা, লাংপুমগী (মৈচাক ফনবা) কোম অমা তৌবা অহুগী মপান্দা, মনিং-মমাংদা অরাও—অথু মায়না মপা চানা, চুকলেন কাকুপ অহুমথক (মপু অহুমগী), মালেম লৈমাইনা নাচুক চুকলেন তেয়নরম্মী। অহুগা কোয়ৌগা মালেমগা-থানা, শিংখন তরেং তয়েংনা শিংলেন-শিংবী শেমররম্মী। অহুগা অসাই পুখোকপিবা কুলেন অহু, মকোক্লা মথারোমদা অবাংলোমদা

ওন্না, হান্না চংদুনা শিংলেন অহুগী মথক্তা অহানবা ৎইনা মকোক থমলগা, অসিগা ল'না তাংকক ( তাংকম ) অহুমলক শুবদা, লেংদনা মকম চানা থম্মরম্মী। অ্সিগী মতুংদা, অনিনা লিভিন অমত্তা ওইনা তাবা থৌরি (পনভল্লি) অহুনা, কুলেন অহু লেংদনবা চুকলেনশিং অত চেংনা কাকুপ—কাকুপ লিকা-লিপুম্নরম্মী। (অশিবা অহুনা থাংলেনকমদগী কোম্থোং মপান লান্না মপালদা পুখোকপ্রবা মতুংদা ইনাৎকী ওইবা, রাই, লশিং মরু, থোইচু-লাইখাম্নচিংবা, থাম্বী মৈ থাহুনা কোম্থোং ব'ংমদা কমপি মৈথু থুনরম্মী। মুপানা মুপি শিবগী মংকুম্বা চংপা তারবদি, নিংসা ওইদা লৈরগা, থোং ওইনা থোংচিন ( মথাংথোং ) কান্দুনা চংনরম্মী। মুপানা মুপাগী চংপদি নিংসা য়েত্তা লৈরগা, থোং য়েংনা থোংচিম কান্দুনা চংনরম্মী। মুপীনা চংপা তারবদি থৌরমগী লিকলম অসি ওন্ন-তৈননা চংনরম্মী। থৌরম অসি চংপদা ফিরোন শেগাই তুকায়বা থোংতায় ভাইবনচিংবা শেংন-ইন্নরমদে। মতৈনা মনাও মুপীগী থৌরমদা, মনাওমুপীনা মতৈগী থৌরমদা য়াওন-শোক্নরমদে )।

৩২। থাম্বী মৈ থানবা থৌনিনবা মিংথৈ-লাইশোন।

হুঁং শিদবা থাম্বী মৈ কৌবা, অহাংবা ভলংদা থোক্লকপা লাই মোংসাবা, নশেন-মঙাল অরাব' ওইগ্নিবা, হোবা লোইবা ( মৈনা রাই ভাংনা শম ) পোলোই মশিনস্থ ওইগ্নিবা, থাংচিং-মৈ, উপি-উলেন-মৈ, সাহু ভেকচাক-মৈ, হেন্দবা পামচাক-মৈ, লমচাউ থাম্বী-মৈ, চাকপোক কাদাম-মৈ, অমম-শিংকুম-মৈ, চিংঙু মথৌ য়াংকেম-

মৈ, থাম্বী মৈথাংথৌ-মৈ, অথং-অচাউ-মৈ, কৌবা লাই। অফং-ফত্ত থৈবিকপু চাকয়িবা, অচান-মী-লাই লাইদবা, হায়েন কাত্তি লিচুম শুবা, ঐগী মীগী থাইদবা, ইনাৎ থৌরম থৌজরি। য়াইফ-মিৎয়েং সানথৈবিদুনা মফম আসদা তানবীররো। তাইপংচামবু পুনেমজে। (হুং—কুক—কুক—কুক)।

থৌরম লিখুন— অসাই পুথোক্লকপা মৈহৈযুদগী (মৈকোই-চফু) মৈনা, ইমুংদগী পুথোক্লকপা লোই (রুম্বী) তদুনা, মৈরম মাইকৈ মাইরোম্দুনা, মিংথৈ-লাইশোন আস শোন্দুনা থাম্বী মৈ-থানবা মৈ চৌমরম্মী। তদুগা মাফংদনা লোংপোক মাইথৈদা হুমলকপদা, নুপা গুইরগা, য়েৎ থংবা মনাদগী, নুপী গুইরগা, ওই থংবা মনাদগী হৌনা (পিবানা) থাম্বী মৈ চুনরম্মী। অশিবা মশা অহু চৈপি চৈথেং পিদনা, থাম্বী মৈদা তুম্নবা মৈথানরম্মী। শিরগা লাইপক্তগী শরু, উৎনচিংবা লৌনরমদে। চাহু অহুম শুদ্রিবা মীদ মৈথানরমদে।

(মুংশিং পোংলোই, (উচেক-বায়ুগী)। ঈশিং পোংলোই, (লেমলৈ তাগী)। লৈপাক পোংলোই, (সা-শনগী)। মৈ পোংলোই, (তাইপং মীগী)। অশি পোংলোই মথল মরি অসি চৎনরম্মী। চহি অহুম শুদ্রবদি মালেম লৈলোন চন্দুনা ফুম্নরম্মী)। লাইথৈ চৎপা, অপুম্বী শোলেন্দি, ইনাৎকী হৌনবী পোৎলমশিংগা লোইননা চফু অমগী মমুংদা হাপতুনা, মালেম লৈলোনমুংদা ফুম্নরম্মী।

৬৩। থাম্বী মৈমুংনবা, লাইজ ঈশিং থৌনিনবগী মিংথৈ-লাইশোন।

হুঁং শিদবা অ—মু—বা নোংথো নোংসাবা, লাইজ ইচেল অয়িংবী, তাইপং মালেমবু অচিক-অশা থায়না, লৈবা খৈবিকপু মাউঙ্গোক্লিবী। লাইজ ঈশিং ইন্‌লুবী. লৈবা খৈবিক্তগী মহাও অথোইবী, মহাও খৈবিক্কী ইতুংনকম ওইরিবী, মৈচাক খৈবিক মৈমুংশী, অরু-অশেং হৈবী লাইজ। কোরো মচি সোইশেন লাইজ। অয়াংবম মপাও ওংলেম লাইজ। থাউথুবা খুংতম লাইজ। থাউহনবা থায়তম লাইজ। সেমলোই লুবাং লাইজ। কমপোং মাউয়াং লাইজ। তাকনা শিনলোং লাইজ। লানবী সংশেম লাইজ। লমকেন সৌম্বাপ লাইজ নথোইবু ইলাং থৌরম তৌজরি। ম্লাইক মিংম্লেং সানথৈবীতুনা মকম অসিদা লেংবীরক্লো। অচাকপা থাম্বী মৈবু মৈমুংশিরো হায়না তাইপংচানবু পুনেমজে। (হুঁং—কুক—কুম—কুক)।

থৌরম লিথুন— হাওলৈ (হৌলৈ) নোংপোক পাংনা মাই-রোন্দুনা, মিংথৈ-লাইশোন অসি শোন্দুনা, ইশোকপূন মচিম্লা থা মাংলৈ ওয়া, লাইজ ঈশং শোক্কুনা, মৈথাকমগী অশাবা মকম অহু ইংনবা, কোকতোন্দগী হায়া ঈশিং হৈহুনা থাম্বী মৈমুংনরম্মী।

৬৪। হকচাং লাংপুমগী কোম, লৈলোন চননবা মিংথৈ-লাইশোন।

হুঁং—হিং—নিং—বিং—বিং, মালেম লৈলেনহানবী, তাইপং-মালেম অপোক—অশিনী হেবনিং হনবী, লাইজ ইলেনগুম ইতুংনকম ওইরিবী, তাইপংপানবু মাউরোক—নাউকোমবী পালেম ইমা

ইথেম্মা। ঙসি কোয়ৌ য়াইকবা থাগী-পামবা-কোম্বা মুমিং, অসিদা তাইপাংশেম্বা মপুগী খোৗরম-শিম্বা শিংথেক-শিংথা, লিকলম-লিথুম, তাইপাং খোৗরম লোইহুনা, শাগৈ—ইরেক—সালাইগী—মমিং—কৌবা—কৌবী, তাইপাংচাবু শিং-শংশিহুনা খমহুং সম্বা তানলেদো। পুজি কেংচেন লোমলেদো। মমু তাইপাংচাবু পোংশি-পোংলোইহুনা পালেম নংগী নশাদা তিমলেবো। তাইপাং কৈথেল কাহুনা খোইয়ুম কুমৈ শিম্বারম্বা, তাইপাং খোৗরম লোইহুনা, হকচাং লাংপুমবু মালেম লৈলোন চন্দুনা, খোইয়ুম লাইতিমকোন্দা (তিনপ্রেদো)। পালেম মহাক্কা তাইপাংচা অসিবু, কুমরোন থাপুম য়োৗরগা, য়াইফখোই মহৈবু পিনবীয়ু। ঙসি য়াইকবা মুমিংসিদা কোয়ৌ লোংনা পাংবা মাই-কৈদা, পাবী-পুরি মাগী কৈরাক কাহুনা তেংপানবা মপুগী লৈকোন্দা তিনথিবগুম, তিমহনবীয়ু। ইমা মহাকী মকারকমদা, খুংকাং তরামক লোম্না, চেম্না—মোমনা পুনেমজে।

খোৗরম লিথুম— মৈথাকমগী অমোং-অকায়, কম-হাওদিবা থৈবিক লোইশিল্লগা, মিংথৈ লাইশোন অসি শোন্দুনা মালেম লৈপাক অমৌবা হাপচিনলগা, লাংপুমগী কোম অহু লৈলোম চনহুনা, হকচাং লাংপুম মামনা মালেম লৈপাক্লা শারগা, মালেম লৈশা লৈমায়থকুগী তোংখংমা থম্মরম্মী। অহুগা অসাই পুখোক্লকপা তাইলেন, উশা অহু কোকতোম্মা মালেম লৈমায়দা রুংহুনা থম্মরম্মী। মফম অহু লুনা-নামমা, মালেম লৈমায় বাইতৈনরম্মী।

৬৫। য়োংকমদা মরু হুমমবা মিংথৈ-লাইশোন।

উং—হৈ, হে খোইয়ুব শিদবা, তাইপাং শেম্বা মপুমা, মহাল-

নোং হয়িঙৈদা, য়াইপি য়েনহৌঠৈ, অমম-লৈশানরকপদা, খোইয়ুর লাইয়ামশিংগা নায়ুং সালিনথিবা খোরম-খোশিন মতুংইন্না, ওসি (মমিং) মক অসিনা মালেম লৈমাইদা লৈতাজরি। লাংটৈ অসিবা ময়োল চোংলক্লবা, চাউবা মরেপ-লেপতম তানহুনা, কাংদোং মপুং কায়রকবদি, (শাগৈ—টক্লেক—সালাইগী—মমিং—কৌবা—কৌবী) বু, শেংনা তাইপং মপোক্তা অমুক হন্না লাংবোনদে হায়রবী য়াইক-খোই ইহৈ ইচুনু. খোইয়ুম তাইপং লিকথুম্নশি (খংনশি) চায়নথিবা মতুংইন্না, হৈরাং হৈশক, লৈরাং লৈশক খংজগে। খোইয়ুম শিদবা মপুগী, শিন—মাথং ইচেলনি।

খোরম লিথুন— মালেম লৈমাই থাইভেবা, হকচাং লাংপুমগী মথক্তা, খুং য়েংবী খুংপাক্লা খুংতুম চেংনা মক অহু পাইহুনা, খুংদোলবী তিংনা থংনা, অবাং কৌক্রু মাইরোনহুনা, লোইরোম কৌ হুনবগুম, মিংথৈ-লাইশোন অসি শোমহুনা হুমরম্মী। অহুগা কংলাদা অবাং কৌক্রু ওন্না হৈথা—লথানরম্মী। (মোংকমদা হৌবা হজাম অহুনা তাইপংগী কান্নবা মমম লৈ হায়হুনা ইবীরম্মী)।

৬৬ মাংখোং (অশিখোং) থিংনবা মিংথৈ-লাইশোন।

হুঁং শিদবা তাইপংগী লৈসংলেন, মচাং শিদবা, মুবাং শিদবা থুমন শিদবা মপু অহুম্মক্লা, "কুমায়—কুপ—কুমায় থিং—থিং—থিং থিংলখনে। অমম—অতান, আশি—অচংবু, নোংতম নোংখায়রবনে। খোইয়ুর শিদবা মপুগী মাথংনে। হয়ি—হন্না—হায়ুম।

খোরম লিথুন— (কুমায়-কুপ-কুমায়-থিং) হায়বা মিংথৈ-লাইশোন অসি শোনহুনা মালেম লৈমাইদা, থবাকপী হৌহুনা,

থ'রোমদা চঙ্গনা লৈরি মরিথক চিংবা লোইরগা অমুক থাদনী হৌনা মথথলোমদা লৈয়ি মপুং আনি, অহুমগুবা অকোনবা অহুনা লৈইশিং অহুগী ওখায় কাওবা, হেনহৎলদনা অমম্নুং রাণ্ডনা চিংলগা, মথকী লৈয় মপুং অহুমথক, হৎলনা চিংথৎহুনা, ( থিং-থিং—থিংলবনে ) ছায়বা মিংথৈ-লাইশোন অসি শোনহুবা ককুরম্মী। (য়াথোকশংগী কৌক্রু থংবগী উপি-উলেনগী উথুন্দা, লায়থোরমগী উপি-উলেনগী উথুন্দাসু থিংনরম্মী )।

৩৭। লোইরবগী য়াইফনবা ম'য়াংগী মিংথৈ-লাইশোন।

"মমিং হুংং-হায় শিনবা হয় লাইলেনবী শিদবীনা য়াইফরে।"

থৈরম লিখুন- ম'য়াম চংহুনা কেপ্পগা, কোরৌ মালেম তুনা অহুমলক হন্না মিংথৈ—লাইশোন অসি শোনহুনা, অবাই—অথুব তৌহুনা থালাউনরম্মী। অসি লোইরবা মতুংদা ইক্ল-স'তেংলগা মীপুম তিংনা মজানরক্লম্মী। ( মাগী মাগী কোম্থোং ( পনথিং)দা, শুক মচিননা মথা মাইকৈ ওন্না, থা-রাং কৈনা মালেম লৈমায়দা লৈতানা থম্নরম্মী। অদুগা কোম্থোং রাংমদা থাম্বী মৈরা মৈওক্লরম্মী। অহুগা অসাই মংকুম্বদা চংখিবা মওং মতৌ অহু কাইদনা শুক অহু কানহুনা চংনরম্মী। মথৌপুংদা-খনলোংদা নাহায় লাইজনা, চিন্দম খিকহেন্দুনা মশা শেংদোক্লরম্মী। অহুগা ইনাংকী হৌনবী থৌরম থৈবিক শুনা শিম্বা পাংথোক্লরম্মী। থাংলেনকমদা, নোংপোক -নোংচুপনা হুইকাপ অমগা ওাইরোম শাংবা, থ'-রাংনা হুইকাপ অমা ওাইরোম পাকপা, হুইকাপ অমা নত্রগা খুংপাক অমা

তাইরোম লুবা, মালেম লৈমাইদা কোম অমা লৈতৌরগা, কোম অদুগী মপান্দা ময়াইচানা, খা-বাংদা মালেম লৈবাইদা চুক অনি লৈনা অমসুং কৈনা, লাইজ ইনাংথু ( ইসায়থু ) অমা, লাইজ ঈশিংনা ইমায় থম্না য়ামচুনা, শিবানা মৈথা-লৈথাচুবা লায়থোৌরমগী য়ুমশেংবা মুখিং কাওবা, নিংশিং-থোৌরম তৌনরম্মী।

৬৮। শিবা মুখিংকী মাংশোক ( মাঙোলগী ) লাইলিক।

লৈহৌ-বোংহৌ ( অহানবা শরুক ) কৌনা হৌখিবা তাং ২০/১/৮৫ ইংদা থোৌপুবনা, থ্বাই তরাগীদমক লাকোংজরে।

থোৌরম লিখুন—লাইলিক অসিনা চৎনরম্মী হায়চুনা ইবীরম্মী।

৬৯। লৈহুব তম্নবা মিংথৈ-লাইশোন।

বৃত-উং-উং-হৈ, হে খোইয়ুম লাইমিংথৌ, অহৌবনা অযোইবা, অযোইবনা অহৌবা ওইবা, অতিংতা, অতিংকোক, অতিংখম, অতিয়া, তাঈকো'লেম শিদবা হায়না মশিং লাকওমদবা মিংলেম মিংচুমবা। মৈ, ঈশিং, নোংশিং মালেম, অতিংতা, লৈবা থৈখিকপু নশাদগী চুনবনি, মরুদগী হৌবনি, নয়োলদগী শাংপনি। থোৌরং হায়মা কৌবনি। তাঈকো'লেম শিদবদগী কোরৌ মালেম লাংবোনলে। কোরৌদা খিরগা, মালেমদা লৈবনি, কংবনি মপুদ: ( ঐতোন্দা ) কংবনি। কোরৌদগী পম্হৌ লাংবোনলি, মালেমদগী পালেম লাংবোনলি। পম্হৌনা পালেম লাংবোমলি, পালেমনা তাইপংপানবা লৈশেম্মী। তাইপংপানবা লাংবোন্লি মমিনি, মমি

মহাক্তি তলংনি, তলং মহাক্তি মপুনি। মপু মহাক্তি অক্তিংকোক্তি, অক্তিংখোক মহাক্তি অক্তিংখমনি। অক্তিংখম মহাক্তি মিনি, মি মহাক্তি থৌৰাইনি। লৈবা ং বিক সাবোগ্না লাংঝোনবনি। মালেম লৈলোন ভরেং, ইশা মাপল, ইরম অহুম, খোলেম ইয়েক ভরেং, ইশা মাপল, মাইকৈ মরি, গুংতায় লাকলেন নিপাল, শিংখায় তরাগা তরুক, পাকল ১০৮ মকী নোংখৌলেম্নি। অক্তিংতা উংলৈমুংদগী অমম লৈশালোক্তা লৈবা, য়াইপীগী লাইহুইকম অথুগ্না পোকলেন পোকপা, সাংলেন শাংপা, য়াইপিলেন শিদবা। উং—ং, হিংলেন য়াইপিলেন শিদবগী লাইহুইকম, মুংকমকোম কুহিং-লেন চিথোইবা, অবাং মোংফু মহুমমুংদা য়াতাকম ওইরিবা। উদবা য়াইপি মাবু ইলায়বা, উং-থি, লাইজ ইলেনকম ইকমলেম অথোইবা। থিলেন উংলৈমুংদগী থাকপা তেংলোইননা অক্তিয়া অহাংবদা লাইহুই হৌরকপা নহাক্কা, থিলেন চাপুক থায়না ওাইলোইনবা, উং লাউবা খোঙ্গেলমা ময়েক খোক্লকপা লাইফ্লিংখৌ। লাবা থিয়াংখোক্কা লমহৌরকপা, য়াইপিলেন চিংদু উনপি খোয়থৈমুংদগী, থম্বাল ল ক্ষোং মামনা, মুংমু-মুংকাং মহালাবগা মাপলমকপু হুইখোক্লকপা। চিংতু লিমতাউ—তাউ, তাউপিলোইমাই, লাইলেন তাউলোইমাই অহুম্মকপু, থিলেন উংলৈমুংদগী থম্বাল লৈলিক শানা হুইখোক্লকপা। মুংমু-মুংকাং তলং থক্তা য়াইপি মুংকাং মহালাবগা, খোইয়ুম লিথুপ অহুম গুবা। খোইয়ুম অহুম্মক্কা তোইমা লোংবা তাউনা লমহৌ-রকপা, খোইয়ুম লিথুপ অহুমগুবা মহাক্কা, নতাল বৈবা হৌবগুম, উনথম লিক্কা হুম্বীচুনা, সাবা তুখোং থুদিংদগী, চিংতু লাইশিং মশিং

শুনা হা-কোকপা। খোইয়ুম কংলৈ অশিবা নপারি অহনবু, অমুক হন্না লৈশেমহনবা, হে থে ইয়ুম লাইয়্নিংথো। নহাল-নোং য়াইকবা কোয়ৌ মুমিত্তা, ভাইপংমালংপোন খাদোকখিবা, কোয়ৌ-মালেমমা তিনখিবা, শাগৈ-ইরেক-সালাইগী-মনিং-কৌবা-কৌবী, অহুগী ওসি কোয়ৌ মতানিশুবা মুমিংকী, থাগী-পামবা-কোনবা-মুমিং অসিদা শাইপংগী খোরম, হ-াংকী ওইবা লৈহুন তম্বা অসিদা, ভাউচিং হৈয়াং হৈতমজা, লৈয়াং লৈহুন তম, ইলাংফু ইলাংমা খোরমগী লিচৎ থৈবিক শুনা, মেক্রুং কমপি মৈথু-থু, পোলোই মশিলন্ত থ ম্বা মৈয়া থাননা, লাংজবু খোইমুম লংনথোংবিংবীগমু। য়াইক মিংয়েং সানথৈবীহুনা চিংঙ্বা মশেমথোকী-নশেমথোক্নি। য়াইকথোই মহৈবু পিনবীয়ু হায়না, চিংঙ্বা নহাকী নকমলাংদা, শাগৈ-ইযে--সালাইগী-মখিংনা, ওক্লাং চাবৈ য়েৎ, নাকলু কিয়ামনা, মুকমু লৈত্তোন কোন, মানবী থুংহম্না, চাংকৌ তবামক চেম্না নোম্না, মালেম থৌলৈ লৈপাইনা পুনেমজদিয়ে। হন্নি-হয়া-হায়ুম।

খোরম লিখুম— শিবগী মতানি লৈহুন তম্বদা মিংথৈ-লাইশোন অসি শোয়্নবম্মী। (চহি অহুম শুহুনা মৈ থাবা, লুতিয়ন্ত্রিবা মীশিংগীমু, মুমিং অসিদা লৈহুন খোরম তোৌনবম্মী। ইলাংফু ইলাংপগী মিংথৈ-লাইশোন্দি, লায়খোরমগী অহুম্না শোয়্নবম্মী)।

১০। য়ুংশোংনবা নাহায়লোন মিংথৈ-লাইশোন।

মুপাল থাবক্কী অহানবা নাহায়লোন মিংথৈ-লাইশোন অহুম্না

থৌরম লিথুন— শিবা মতুং হুমিং ভরানিশুবা হুমিঙা, য়ুম-শেংবগী থৌরম পাংথোক্লম্মী। ( চহি অহুমশুবা, লুতিমত্রিবা অনি অসিগী থৌরম য়ুমশেংবদি, শিবা মতুং হুমিং ভরুক্লিশুবদা পাং-থোক্লম্মী )।

৭১। লায়-থৌরমগী মিংথৈ-লাইশোন।

মৃত্ত—উং—উং—থৈ, হে থোইমুম লাইয়িংথৌ, তেংপামবগী মপুলেন শিদবা। তাইপং-মালেম লৈবা থৈবিকী হৌকম-পোমকম ওইরিবা। অতিংঙা, অতিংকোক, অতিংথম, অতিয়া, তাঙ্গকো'লেন শিদবা চায়না মাশং লাকতদবা মিংলেম্না মিংছুম্নবা। মৈ, ঈশিং, নোংশিং, মালেম, অতিয়া, লৈবা থৈবিক লিকলমদা চৎলগা কাং-থুলদা মরু থাবমি। মরুদগী হৌবনি, মরোলদগী শাংপনি। থৌবাই হায়না কৌবনি। তাঙ্গকো'লেন শিদবদগী কোমৌ, মালেম লাং-য়োনলে। কোমৌদা থিরগা, মালেমদা লৈবনি, ফংবদি মপুদা ( ঐহেন্দা ) ফংবনি। পম্থোনা পালেম লাংয়োনলি, পালেম্না তাইপংপানবা লৈশেম্মী। তাইপংপানবা লাংয়োন্দি মমিনি, মমি মহাক্তি মিলেম্নি। মিলেন মহাক্তি তলংনি, তলং মহাক্তি মপুনি। মপু মহাক্তি অতিংকোকনি, অতিংকোক মহাক্তি অতিংথমনি, অতিংথম মহাক্তি ঐ লাংয়োমলি, ঐ মহাক্তি মিনি, মি মহাক্তি লোইনবনি। লোইনবা মহাক্তি মিমি, মি মহাক্তি থৌবাইনি। মালেম লৈয়োম তবেং, নোংলোম মাপল, ( মতাং, নুবাং, থুমন ), হুমিং-থা, থৌবামিচাক নিংথৌ (নোংথৌ) শিদবা, হুমিং চায়োব

ভরেং, ( ওসি, খৈরেং, হংচিং, মসেম, মরৌ, মকাপ, মসিং। মোংবাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈপাকপোকপা, য়ুমশকৈসা, শাগোল-শেন, ইরাই, থাংচ। ( ওাস, ওয়াং নহাল )। ইরম অহুম, থোং-লম ভরেং, ইশা মাপল, মাইকৈ মরি, ও ভায়-লাকয়েন নিপাল, শিংথায় ভরাগা ভরুক, পাকল ১০৮ নাচংবা লৈবা থৈবিকপু, য়াবা কোমথাং সাদগী লাংবোনবিরীবা নোংথৌলেন শিদবা। আতংগা উংলৈন্নুংদগী অমম লৈশালোক্তা লৈবা, য়াইপিগী লাইহুইকম অথুপ্পা। পোকলেন পোকপা, শাংলেন শাংপা, য়াইপিলেন শিদবা। উং—হৈ, হিংলেন য়াইপিলেন শিদবগী লাইহুইকম, মুংকমকোন ফুহিংলেন চিথোইবা, অমাং নোংফু মহুমন্নুংদা য়াতাকম ওইরিবা। উদবা য়াইপি মাবু ইলানকমদা পিনবা, উং—থি লাইম ইলেমকম ইকমলেম চিথোইবা। থিলেম উংলৈন্নুংদগী থাকপা তেং-লোইমনা অতিয়া অহাংবদা লাইহুই হৌরকপা। থিলেন চাপুক থান্নবা ঙাইলোইনবা, উং লাউবা থোজেলনা মমেক থোক্লকপা লাইয়িংথৌ। লাবা থিয়াং থোক্লো লমহৌরকপা, য়াইপিলেন চিংগু উমপি থোয়থৈন্নুংদগী থম্বাল লাকোং মানমা, মুংমু-মুংকাং মাপল-মকপু হুইথোক্লকপা। চিংগু শিনতাউ তাউ, তাউশিলোইনাই, লাইলেন তাউলোইনাই, অহম্মকপু থিলেন উংলৈন্নুংদগী থম্বাল লৈলিক শানা হুইথোক্লকপা। মুংমু—মুংকাং কলংথক্ত, য়াইপি মুংকাং মাহালাবগা, থোইমুম লিথুপ অহুমগুবা। থোইমুম অহুম্মক্রা তোইনা লোংমা তাউনা হৌরকপা, থোইমুম লিথুপ অহুমগুবা মহাক্লা, মতাল থৈবা মৌবগুব, ঙনথম লিক্লা হুমবীচুনা, সাক

ভুখোং খুদিংদগী, চিঙু লাইনিং ঋশিং গুনা হা—কোকপা। খোইয়ুম কংলৈ আশবা নপাদি অরুবু, অমুক হন্না লৈশেমহনবা, তাইপং-মালেমগী পিবালেন (মুমগী নিংথৌ) ওইহনবা, ছুম্নি পাববা লোইদাম থাঙ শুম মপু নজারক্কি থংনবা, শিদবা মপু লাইরিংথৌ হায়না নিংন-শোংবা। মপাদি কোনতে নৌনা হুনবা কোনচিন ভুখোকপবু সালাই য়েকহৌ কংলৈ পিবালেন (নিংথৌ) ওইহনবা। চিংগী লৈশংলেন অশংবা, ককলু-মামলু তাউহনবা, লাইতোংলেন অতোং-বনা মালেম লৈমাই তেংহনবা। নপাদি অতোনবা পাথংবদা খুনপি সালাই তরেৎমকপু য়েনবীক্রবো হায়দুনা, তাইপং নিংথৌ অপোক অপানবা সংলৈতোন কৌনা পানগল্লবদা, খুনপি সালাই তরেৎমকপু য়েনবীয়ে। (শাগৈ-ইয়েক-সালাইগী-মমিং-কৌবা-.কৌবীন', থাবী-পাবমা-কোনবা-মুমিং অসিদা, অশিবা মশা অদুমগী হৌনা পা·পিগী মতুংগম্না পুলোন-পিলোন থৈবিক শুনা হজংনা মমিং থিনা (হায়না) "পুতিন" লাইশোন শোন্দুনা পাথংবদা তিনহনলম্মী। অদুগা পাথংবনা মমা লৈমালেন্দা, লৈমালেম্না তেংপানবা শিদবা মপুদা তিনহলম্মী)। তাইপংগী খোরম ইনাৎকী ওইবা মখোয়াংকোয়বগী লায়-খোরম অসিদা, তাউচিং হৈরাং হৈতমজা, লৈরাং লৈছুন তম, ইলাংফু ইলাংনা, মেক্রুক কমপি মৈথু—থু, পোলোই মশিলম্নু থাম্বী মৈরা থাল, ইনাৎকী হৌনবী খোরমগী লিচং থৈবিক শুনা, লাংজবু খোইয়ুম লংন-থোংখিবীগমো। নহাল-নোং কোরৌ নোংনেমথজা, মপা মপুগী নাক্তা, স্নাগী চংন-লম্বা দমদাংশাং কাজখিবা, তেংপানবা মপুগী লৈকোন্দা তিনজখিবা (শাগৈ-ইয়েক-

মালাই-মরিং) মহাকপু, চিংঙু মিংয়ুং অখা-পাইলেনবীগনো। য়াইফ মিংয়েং সানথৈবীহুনা য়াইফথোই ইচুম্বু 'পমবীয়ু, হায়না, খোঙয়ুম শিদবা মতাক্কী মকমলাং, থম্বাল ভাংলো লৈগুম্দা, ভক্লাং চাই য়েং মাকলু কিয়াম্লনা, মামবী খুংতপা, মুকমু লৈত্তোন কোন, কাউপি চিমগা লুক খুংফাং চাংজো তরামক. চেপ্পা নোনবা, মালেম থৌলৈ লৈপাইনা, তাইপ'চানবু পুনেমজে। হয়ি-হয়া হায়ুম।

থৌরম লিখুন— শিবগী লৈহুম ভম্বা, লাম্ন-থৌরমগী ইলাংকু ইলাংপগী মিংথৈ-লাইশোন্দি, (য়ুপাল থাবগী অহুনা মথাগী পাক্নিং অহুম্না শোম্নরম্মী)। ১। লাইবু লাইলোম্না শেংনবা। ২। ইলাং-কুদা ইতুংনবা। ৩। কোরৌহনবা মুমিং থৌনিনবা। ৪। অতিয়া ৫। মালং নোংশিং। ৬। লাইজ ঈশিং। ৭। থাম্বী থৈ। ৮। মালেম। ৯। তাইপং মপু। ১০। মাইকৈ ভাকপা লাইশিং থৌনিবা লোইরবগী মতুংদা মিংথৈ লাইশোন অসি শোম্নরম্মী। (চহি অহুম শুবা লুতিংগ্রিবা অনি অসিগী লাম্ন-থৌরমদি, শিবা মুমিত্তগী তরেংনিশুবা, অত্তনা তরাগা মাথোইনিশুবা মুমিত্তা থৌরম পাংথোক্লম্মী)।

(মরাম লু-হোং খোংদোংবা, লাম্ন-থৌরম হৈয়েংদি হান্নবা মুহিংকী ভসি ইমুংদা, মোংবা মাগী মথৌপুং-থেনলোংদা, সঙ্গোং কাচিন্দা, থৌরমগী পিবানা, হৌনবী ইমাংকী মতুইম্না, ভাউচিং হৈবাং হৈত্তমজা, লৈরাং লৈহুন ভম, মেক্রুক কমপি মৈথু-থু, পোলোই মশিলগু থাম্বী মৈরা থান, লাংজহুনা সালাইলেন (বোংলেমলেমবা), থাইয়িংথৌ, অনিদা পুরেমহুনা থৌরম অহু ভেক-কাইদনবা হায়হুনা

থৌমি-থাচংনরম্মী। অদুগা থৌরম লোইশিন্নবা ফাওবদি লাংথিবা পোৎচৈ ফাইনরমদে। ইনুংদগী হৌনা থৌরম লোইশিন্নবা ফাওবা থাম্মী মৈরাম্নু মৈমুংনরমদে।

৭২। চুপশা মোইথেমগী মিংথৈ-লাইশোম।

হা—হুঁং—চানোং, মুকা—হৈসা, হৈসা—মুকা, মৈমিংঙু লো, মোংমদোলদো, লাইলেনদো, মহৌলোক মলুম্বী লাইশ্রাদো (লাইশ্রাদো), থাবোই-মু,মোইমুদো, মপারি-মমোম শাং ফুইনা য়োইতম শাং, মপি-মপা তং, পিতং-পাতং পুশোইরবু, মমায় কোমদো মাকথিংমায়মা, চেংলৌ মিংথিংলবগী হুইমুদি মমুংলৌ, য়েনমুদি মমুংলৌ, মেলাং তম্বা মামা, মেংনা সাহু মানতে লৈনা কোয়না, চুপশা তমলোই কোনতম, সংলৌ-তম, চিনফু-তম, থিকশেং-তম, থাশেং-তম, মিংলু-তম, য়োইনামুং, য়োইমমু, চুপশা মথোই, য়োইমমু, লাই-মতেং, থ'লৈ-লেমলৈ কাউ, মালোকসুং, মালোং হা—হুঁং থানোং-চানোং।

থৌরম লিথুন— মিংথৈ-লাইশোম অসি শোম্মুন', লাম্নথৌবমগী মুমিত্তা, ইমুং-মমজ্রিদৈগী মমুংদ', চুপশা মোইথেম অসিনা থৌরম থুদিংমকী ওইনা পাংথোক্লম্মী।

থৌরমগী পোৎচং— ওাংথ' নাহায়ফু ১, থুম্ব লৈচেং ২, ফিয়ান ১, ফিবাং ১, লফোই লফাং চংথোকপা ১, হৈ মনম নাইবা (হৈজাং) ১, ফা মতু পানবা মপুম ১, পানমবা মপুম ১, মৈতৈ থুম কাকুপ, পোলাং ১, থুমৈ ফিদক ১'। চেং, ডা, মোরোক, য়েনশাং-মাপি, হৈকল-লৈকল, লা, মৈ, মেক্রুকমচিংবা পোৎলাম

থৈবিক শুনা লাংলেরম্মী। শাইন-ইয়েক-সালাইগী মীপুম খুদিংমক্না তরা চেং হৈনরম্মী। ফিরুপ মাইবা ফিরাং অহুগী মথক্তা শেন মরেক অমা হাপ্লগা ভাংবদ থানরম্মী। খুদৈ ফিরক ফিরুপ নাইবা অহুগী মথক্তা মাইবগী অয়াবন শেনজা হাপ্লুনা তৌরম্মী। ত্তামং অসিদা মীয়াম্না য়েনগেম পোৎলম অমা লেপ্লরম্মী; মাহু নামুংদু চাহুনা অমুক হন্না--চানরকদে।

হৈরম ৯, লৈরম ৭, হৈপিমনা, মম-মশিং, কফু ল স্কংনচিংবনা শুবা শিংজু থরা, পুকয়ু-য়াইয়ু অসিনচিংবা, পোৎলম থৌবক থাং-লেনকমদা থাহুনা থৌরম পাংথোক্লরম্মী। হৈথ—লৈথাবা লোইরগা মাহায় লাইজ খিককেন্নরম্মী। অহুগা মীপুম খুদিংমক্না, নাহায় লাইজ, চফু ভাংথাগী দশিং অহুনা মিং—মায় ভাথোক্লগা, চিমথেং লাইজনা, থাংলেনকমদা পোলাংবা উপভুনা থমলিবা খুহু অহুদা কামশিন্নরম্মী। অহুম্না থৈবিক লোইরবগী মতুংদা, মপাল লাইগী পোৎলমশিং অহুগা ফিরাব অহুগা লোইননা, কোম্বোং মপালদা (শংহাংদা) পুথোক্তুনা, অমুক হন্না হৈথা-লৈথাহুনা ফিরাল অহুমা থাপিদা সাহু-মানতে (হাক্ত) লৈহুনা লেপাক্তা য়ুংলগা, (মপাল লাংগী লোইপোং তহবা মিংথৈ-লাইশোন অহু শোন্দুনা থাদোক্ত-রম্মী।) অহুগা অসি মত্তবা থাংলেনকমদা লেহৌরিবা পোৎ-চৈ থৈবিক অহুবা মাইবনা পুনরম্মী।

৭০। থাগী য়াইকবা মুমিত্তা অথেনপোং লাংনবা মিংথৈ-লাইশোন।

লাইয়িংথৌগী মিংথৈ-লাইশোন অমনা, মৈ চংদবা পোৎ-চৈনা অথেনপোং লাংবদি ইপা ইপু(লাই)লাইয়িংথৌদা লাহুনা থৌনিরম্মী।

৭৪। কুমওন ( কিলোই ) গী পুকলেন লাংনবা মিংথৈ-লাইশোন।

ঙাং—থৈ, উং—থৈ, হয়া শিদবা-শিদবী, পালেম-পঙ্খৌ অনিগী অশা দগী য়েনবৌ হুনবা। থৈ, ঈশিং, নোংশং, মালেম—অতিংতা, তলং মপুং লাক্ক, সাথায়না লমহৌরকপা। মালেমদা লুকচনকন ওই-রিবা, মালেম লৈলোন হবেং, নোংলোন মাপলমক্কা তাংবল ওইরিবা অতিয়'না সংলেম ওইরিবা, নোংশিত্তা কাইদোং ওইনবা, লৈ'চন নোংকাই, হুমলেন-গামলেনশ্না শকওং লৈতেং কিশেংনবা', অমম— লৈশ লোকপী হৌকম—লোমকব লেপ্লিবা শকটদবা', ইপুলোইনা পাথাং—পুথাং ওইরিবা শকথংদবা। ডাং, লুবাং, খুমন কৌনা মিংমা কবা লাইওইবা, চপোকপা, লোকলেন পোকপা, সাংলেন শাংপা হায়না মিংহুমবা হে লাইমিংথৌ। ৎসি—খাগী—পানবা— কোনবা, য়াইফবা লুমিং অসিদা শাগৈ—ইয়েক—সাপাইদা পোক্কমা তাইপং কেথেল করম্বা, মালেমদা থোইয়ুব লাইনা শিম্বু'রম্ব'— শিম্বারম্বী, মমিং—কৌবা—কৌবীদো, নহাল-নোং তাইপংনা, কোয়ৌ নোংমেন থ ঙ স্নাগী কেগ্রাক কা খিবা, ভেংপানবা মপু লৈকোন্দা তিমখিবা, তাগপং মপুগী শিম্বা লোইহুবা, তাউচিং হৈরাং হৈ-তমজ, লৈরাং লৈহুন তমখিবা, মোংবা মহাকী কুমবোম (কিলোই) তাইপং থৌম লাকপদা, ঙাং শিদবা, লুবাং শিদবা, খুমন শিদবা, মপু অহুমদা লাংলবা, ভত্তা ফুলেন হৌ, সংলৌ মখেল মকোইগুনা, লেমী লেমম গুনা, তাউচিং হেরাং মপুং কোইনা খেন, শিংথেন লৈ-লিক-লৈকা খেন, লৈরাং লৈহুন ভত্তা, ভবেংকী শেমজা য়াওনা, লুকলেম ( মশিং) চন। মেক্রুক কমপি থৈখু-খুনো, তাইপং থৌরমগী

পোলোই মশিলন্থু খাম্বী মৈরা থান্না, ইনাৎকী থোরম থৈবিক শুনা লাংবোন ১০৮ দা মিংহুন্না, খাম্বী মৈরা চু, লাইজ ঈশিং ইলুবীনা সাংতেং, ইশেং কিলোই হাইনা-হুন্না, চিংগু লিথুপ মশিং শুনা, অপোকপা, পোকলেন পোকপা, সাংলেন-শাৎপনী নকমলাংদা, শাগৈ—ইয়েক—সালাইগী—মমিংনা লাংজরি, লৎন—থোংখিংবীগনো। খোইয়ুম নগাক্লা কোবো মোংবেমথক্তগী, চিংগু মিৎয়েং সানথৈবীহুনা, কুমজাগী কুমগুন শালোন তাইপং থোরম লাংজবু, তোনলোই মাইক ইহৈ ইচুম পিনবীয়ু হায়না, পুক্রিং লৈরাংতহুনা, হক্লাং চাবৈ য়েৎ, মাকলু কিয়ান্না, খুৎকাং চাংজো তমামক লোমা, চেপ্পা মোননা, কাউপি চিনগা লুক, মালেম থোৌনৈ লৈপাইনা, মালেমদা কোয়াং চৈশুনা তাবগুম, পুনেমজরিয়ে। তাইপং থোরম লোই-য়েদো, খোইয়ুম শিন্থা লোমলেদো। চিংগুবা নকমলাংদা হুজিনলশি, খোইয়ুম ইতেকমদা তেৌরশি। হয়ি—হয়া—হায়ুম।

থোরম লিথুন— মিংথৈ লাইশোন অসি শোন্দুনা লুবলেন লাংনরম্মী। ( লুকলেন লাংড্রিথৈগী মমাংদা, হরা চাক, সংজৌ মথেল, থৈবিক সোইনা শুনা হাপতুনা, কোম্থোং মপ'লদ', মপাল লাইগী মিংথৈ-লাইশোন অমু শোন্দুনা হান্না থাদে রুরম্মী )।

## ৭৫। উপি-উলেন ( উলেপ ) হুনবগী মিংথৈ-লাইশোন।

থোরমগী উপি-উলেন হুনবদি, থাগু মাইকৈ, লাইচাউ মাই-য়োকদবা, মাইকবা হুম্রিংকী খেনকম (পুংকম) দা, অয়ুক-হুংথিলগী মতম মতুংইদা, উপি-উলেন অহুগী মতোম্দগী, খুৎপোম অমদগী

কেঙ্-গী ভাগদা, ইনাংকী হৌনবী লৈশেংলেপ, থৌরমগী মতুংইন্না মশাং ৭ ৯, ১১, ১৩ ফাওবা মালেম—লৈপা লৈমাইদগী কাংথংনবা কজুন শংগা, উমায় অহু মুনিংকা মাইয়ে ক্ননা মালেম লৈঙাবা থম্নরম্মী। থৌরম খুদিংমক্তা মপোপুংগী কয়াক্তু, মনিংনা চাঙ্ঙ-নরম্মী। মম'ংনা পিক্ননম্মী। উলেপকী উখুলদি য়ুময়'ং মপানগী অরাংলোমদা থরা কাখংনা হৌনরম্মী। উখুল মনাক্তা ইনাংকী হৌনবী থৈবিক লোইনঙ্গা হৈথা-লৈথাবা লোইরগা, (হ-লা-সা) হায়বা মিংথৈ অসি শোন্দুনা, উলেপ অহুগী উমায় অহু মুনিংকা মাংহোক্ননা (মি-ননহন্দনা) উথুল অহুদা লৈমাইগা উলেপকা পথেংনবদা মিংসা চিংশিন্দুনা (থিংহুনা) উলেপ হুম্মরম্মী। মওং অসুম হৌনা শিবগী মপান লাইগী যাথোকপংগী উলেপ্তি কৌক্রুদা ... । কাংলানা লৈরমদা লৈরম্মী। উমায়দি কৌক্রু লৈনা থম্নরম্মী। অহুগা থৌরম অসি নহুবা অতৈমা কারণ চিংথৈদা থম্নরম্মী। লৈহুন-লাম্ন পৌরম, কুমরোম থৌরমগী উলেপকী উ-মায়দি চিংথৈ লৈনা থম্নরম্মী। অহুগা পৈম্না পালৈদি মপান্দা লোইনা লৈনরম্মী। অসি নহুবা থৌরম অতৈগী উলেপ্ন মুমলোমদা ওম্না হুম্নরম্মী। অহুগা পৈম্না পালৈদি মমুংলোমদা (ইমুংলোমদা) লোইনা লৈনরম্মী। থৌরম লোইরম্না ইমুংলেন্দনা উলেপ অহু ফুক্তোক্লগা, অসাই থর মওং অহুগুম্না থমলগা, লৈচংনা মাংথানা লেংবান্দা থোংলগা মপানদা পুথোক্লুনা কোম্থোং বাংমদা হুন্দোক্লরম্মী

থৌরম লিখুন—চোয়গী উলেপ য়েংলগা থৌরমগী মতুংইন্না ইমুংগী অহ-কহ থৈবিক, অথং-মহে হপা-হপুশিংনা হায়বা ওম্নরম্মী।

মাচুং ……………… …

মতাং আসদা অহুমশুবা থোরমগী মিংথৈ-লাইশোন থেরে।

৭৬। লমতায়নবা মিংথৈ-লাইশোন।

পোইরৈদ লমদম অসিবু কোনবীরিবা, ভাকপি-শমবীরিবা হে খোইয়ুম লাইপুংথৌ মাপল, লাইফুমা ভরেৎ, শালোই-ভলোই, উমংলোই ইহুমগা হুমফুমাখোই, মাইকৈ-শুংতায়, ভু-খোং-পাংখি কোমাথ, তিনথুন-লাইথুন, লমহাং-তুমহাংদা লবিরীবা নখোয় থৈ-বিকী নকমলাংদা, চৌনবী ইনাংকী পোংলম থৈবিক লাংজহুনা পোইরৈদ লমদম অসিদা ভাইপংচাশিংনবু পুনেমকে। কুমজা আসমগী লাকনবা তিনমু লাইমু, কম্ব-হাওদিবা,………………। মাকখোকপিহুনা য়াইফখোইবু পিনবীয়ু। হরি-হয়া-হায়ুম।

খোরম লিথুন— শাখোই থাংবা, কুয়াক লমতায়বনচিংবদা মিংথৈ-লাইশোন অসি শোম্মরম্মী।

৭৭। ইমোইমু অহোং-অচাউবী থোনিনবা মিংথৈ-লাইশোন।

হুং শিদবী। ওসি কোয়ৌ য়াইফবা থাগী-পামবা-কোনবা-চুমিং, অসিদা শাগৈ-ইয়েক-সালাইগী-মমিং-কৌবা-কৌবী, পাইখা শিনবৈ লোম্বা-লোম্বী নদাইলেম ভমুম ইবাকমনা ইমা নংবু ইলাং-খোরম ভৌজরি। ভাইপংচানবু ইমা নংগী মকায়ফমদা পুনেমকে।

পাইখা শিনবৈ লোম্বা লোম্বী নদায়লেম ভমুম ইবাকমনা, পাথাংকোক্লা চৎনরম্বা, পুখাংকোক্লা শিনলাংহুনা থম্বীরম্বা, পালক-

পুলমচং অচেৎপা ইমোইদু অহোং-অচাউবী ইমা মহাকপু ইলাং-চবদা, লৎনখোং খিংবীগনে।

হয়্রি—হে—হয়া—হে, মহাক থোং হয়্রিদৈ, কোমৌ লোংলোন যাপল, মালেম লৈলোম তরেৎ, হৌডৈদা অমম লৈশানমকপা, অভিংভা শিদবগী পুক্নিং অমম্বা অঙানবা অৱাংবদগী, মতম অহুম ময়াই অহুমদগী লৌহুনা, শিদবগী ই তথায় ওইথংবা সাথায়দগী থাথিয়ে হায়বগীবু ইমোইদু মকৌয়ে। অতিয়া অহাংবদা হোংনা—চাউনা থোক্লকয়ে হায়বগীবু অহোং অচাউবী মকৌয়ে। অহুদৈ হয়্রিডৈদা তাইপং য়ুমলেনহুংদা, লাইকম অরুবা ( ফুঙা লাইক ) দা চুকথোং অহুম মালেম লৈমাইদা নাচুক থৈনা লৈরুয়ে। মঙাংদা যাহৌরে, নুৱাংদা পোথাবে থুমন্দা চাক্তারে হায়বগীবু (ইয়া—থম, ইছুং—থম) লৈমা লোইশং কালোংকাবী মকৌয়ে। ইমা মহাকী কোলোই শিন্নাবু লোইলোন কৌকৈহুংদা কৌওইবীনি, ভমা চেংদুং-হুংদা চেংলৈমা, লেমলৈ তাদুকহুংদা তালৈমা, মোইদু থুমফুহুংদা থুমলৈমা, তরেৎ শেনফুহুংদা লৈরে লনলৈমা, মশিন-শিনহুংদা শিনলৈমা, লামকমদা লৈয়ে লাংলৈমা, হিপোকপি—য়াইপোকপী, হিলৈমা—য়াইলৈমা, হিকুবী—য়াইকুবী। য়াইমা কৌনা মিংছমবী লাইলেমবী তরেৎমু ইমা মহাকী লাংবোম্নি। ফুঙা লাইক কবীনি। লৈপাক থুলং থুংমা, লৈকাই পনশাং কোয়না, থাংতা য়ুমপুম চং, তরেৎকী শেনথাউ পাইহুনা, তরেৎকী শেনজাবু য়ুমথোং থৈনা লনয়েনলিবী, মযু-পোং তাইপংচা মীওইবংগী য়াইক—য়ুংতাই লোংদমলিবী ইমাবি। হে ইমা লাইলেমবী অয়োন-অরান থৈবিক

চাকপিয়ু। চলাইরেম ভাইপাংচাবু পুক্কি মথোই হেমনা ফুংশোংবা, ভরেংকী থেমজা শেনথাউ অচোমবা ( অথমবা ), পুন্নি তোমমোই মহৈ য়ামবা লনকুবীরমউ।

হে ইমা লাইলেনবী,
ভাইপাং ভিংলেন ওইরিবী,
লৈমালেম সাইরোম্মা লাংবোনবী।
অর্চ-ভক্তবী অথোং কংলবী,
ইমোইম্মু অচোং—অচাউবী।
তবা চাকনিং থাকমা চাকশৌবী,
থাংলৈ যেননিং থাকমা য়েনশৌবী,
থাবেল থাঙম থৌরাং পুংভবী।
ভুইয়েল পাবুং সাকাবী ( লাংকাবী ),
ইনমী থুংচিংলি ওইরিবী,
হিগোকপি—থাইগোকপি,
হিলৈমা—য়াইলৈম,
হিকুবী—য়াইকুবী,
য়াইম্মা কৌনা মিংথৈবা।
মাকথা লৈমা পাউতোয়বী,
ফুলেপ লৈমা নুচাউবী,
ফুলেপ চাংকৌ ওইরিবী,
ফুলেন থামলোনফুংদা য়াতাবী।
অমুক চায়া নোংদমলিবী,
ফুমিদাং চায়া নোংথায়বী,

হি—দি হিকোক লাংকোমবী,
হে ইমা মাইকৈবী
ইরোইবু অকোং—মচাউবী।
অনৈবু নৈশিনবীরকলে,
অছৌবু ছৌবচিনবীরকলো,
অশিংবু শিং'চনবীরকলো,
কংলা চিরা মরিমকপী,
ইনগী থুর্চা চিংখগুম চিংশিনবীরু।
ঃপগী চাহুম শুমশুম শুপচিনবীরু।
অথোং তংথনবীগনো—*
*অশাই কংচনবীগনো,
ভরা চাকনিং থাকনা চাকশোবীরু,
হাংলেম য়েননিং থাকনা য়েনশোবীরু।

হে ইমা নহাক্কী, ভাংলৌ থম্বাল নৈকা মামবী খোইরোম মা মকমলাংদা, হাইপং মোংসাপানবী নদাইলেন ইরাকয়না, মামবী শুংগুম্বা, যুকয় নৈলোন কোন, কাউপি চিমগা নুক, মালেম থৌনৈ লৈপাইনা, ইমা নহাক্কী মিংলেন ঙাংকনৈ হিথাং অরাথম্ব্ থাওমদনা তাইপংচানা, তকলু-মাকলু কিরায়না, শুংকাং চাংথৌ ভমাবক, চেপা খোননা পুরেমজৈ।

হুং শিদবী,
হুং অশোকপী।
তহুপ—তহুপ,

হাউকুপ—হাউকুপ,
লৈহিপুন—ভলোং,
চিং—হিং কৌরিবী।
হে ইমা অপোকপী,
নকমলাংদা লেংদনা লৈবীয়ু।
হরি—হয়া হায়ুন।

থৌরম লিথুন— ইমাংকী হোৌনবী মতুংইন্না, অথেনপোৎনচিংবা থৈবিক গুনা লাংলগা, ফুদা লাইরুদা ল্যাংনরম্মী। (থাংজিন, লিকশিবগী অহানবা মাহায়লোন অতুনা পোৎ চৈনচিংবা লেং-লোক্লম্মী)। থৌরম অসি পাংথোকদবা মুখিং অসিদা ইমুংদগী পোৎ—চৈ পিথোক্লরমদে। (থোইচি ম্নিংহুন ভমলবা, লোইদাম থাপুম ৩, ৫, ৭, ৯ গুবদা পা—পি অনিমা ইথোইম্বু ইথাযু পুথেম-থাচক্লরবদি নৌবা মতাং অতুগী মথম পুন্নমক্তা য়াইকবা ওই হায়দুনা থীদুনা থম্মীরম্মী।

মতাং অসিদা ইনাংকী থৌরম থৌনি ম্নিংথৈ—লাইশোন থৈবিক থৈরে।

———

# তেংবাংবীরকপশিং

১। তাইমচব মণিকচান্দ মঙাংচা, শিংজমৈ মখা খোঙাম লৈকাই। ২। মায়াংথেম টৈঙপা (ৱাইকপা) খাবচা, হৈয়াংখোইখোং অহৈবম লৈরক। ৩। ইরোম অমুবা মঙাংচা, চিংঙামখা কুরামখোং। ৪। মোংজৈকাম্বম যুক্তা মঙাংচা, শিংজমৈ মখা খোঙাম লৈকাই। ৫। মাইবম তাম্রা খুমনচা, চিংঙামখা ইরোম লৈকাই। ৬। নিংথোম্বম মণিকচান্দ অঙোমচা, খোংমন মখা লৈকাই। ৭। সোইবম যুগেশ্বর মোইরাংচা, শিংজমৈ মখা খোঙাম লৈকাই। ৮। মাইবম নিপামচা খুমনচা, চিংঙামখা লিরা নিংথৌজম লৈকাই। ৯। যুম্নাম বিলকুমার মঙাংচা, লিরা সোয়োখাইবম লৈকাই। ১০। খোকচোম যুবন মোইরাংচা, শিংজমৈ মখা খোঙাম লৈকাই। ১১। হাওবম অমুবা খুমনচা, চিংঙামখা ইরোম লৈরক। ১২। সাপম মণিতোম্ব মঙাংচা, শিংজমৈ মখা সাপম লৈকাই। ১৩। লৈশাংখেম নিপামচা চানবচা, শিংজমৈ মখা লৈশাংখেম লৈকাই। ১৪। শাগোলশেম পাখো মঙাংচা, শিংজমৈ মখা খোঙাম লৈকাই। ১৫। পুখেম যোহোম্বী মোইরাংচা, কৈরাও বাংখেম। ১৬। কৈশাম ইবোবী মঙাংচা, হাওবম মরক কৈশাম লৈকাই। ১৭। কাংজবম ভিতেন্দ মঙাংচা, শাগোলবন্দ মন্ত্রিমযুম লৈকাই। ১৮। ওইনাম যুগেশ্বর খুমনচা, মাইবম লৈকাই বোকুল মখোং। ১৯। ওইনাম ইবোতোম্বী খুমনচা, লংখবান মন্ত্রি খোং। ২০। খোইরোম বাবু মঙাংচা, হৈয়াংখোইখোং মাইবম লৈকাই। ২১। রাজকুমার মাচাউবা মঙাংচা, উরিপোক অচোম লৈকাই ২২। লৌরেম্বম ইবোতোম্বী মঙাংচা,

হৈরাংখোইথোং মাইবম লৈকাই। ২৩। খৌদাম মর মচাংচা, হৈ-রাংখোইথোং। ২৪। ডাক্তর যুগেন্দ্র মচাংচা, হৈরাংখোইথোং য়াংলেম লৈকাই। ২৫। লাইশ্রম ইপুংতো.চৌবী খুমনচা, কৈশাম-থোং হোদাম লৈরক। ২৬। ডাক্তর ইবোবী মোইরাংচা, খুরাই সোইবম লৈকাই। ২৭। লেংখোব বীর মচাংচ, ওইনাম থিংজেল। ২৮। অতোম ইবোপিশক অতোমচা, খুম্রাকপম চিংখু। ২৯। হুই-জ্রোম বাবু মচাংচা, চিংতাবখক বাবৈরাকপম লৈকাই। ৩০। কোন-সম চাউবা মচাংচা, ককবা সাইরোম লৈরক। ৩১। এক্রম মণি-তোন মোইরাংচা, চিংতামখা মরাই লৈকাই। ৩২ সাগাবাম চাউবা মচাংচা, ওইনাম থিংজেল। ৩৩। খোনাওজম কৃষ্ণ লুবাংচা, শিংজমৈ মখা খোঙাম লৈকাই। ৩৪। লাইশ্রম মোহোন খুমনচা, ককবা মথা বাবৈরাকপম লৈকাই। ৩৫। য়ুম্নাম মবা মচাংচ, চিংতা-মখা মরাই লৈকাই। ৩৬। খুরৈংবম বাবু অতোমচা, চিংতামখা ওইনাম লৈরক। ৩৭। ওইনাম কোইরেং খুমনচা, ওইনাম থিংজেল ৩৮। তোংখাম মম্বালতৌ, শিংজমৈ তোংখাম লৈকাই। ৩৯। থিং-মাইজম জয় খুমনচা, হৈরাংখোইথোং মাইবম লৈকাই। ৪০। খোক-চোম ইবো মোইরাংচা, শিংজমৈ মখা খোঙাম লৈকাই। ৪১। তোংখাম জয় খোমচা, নাগা মপাল সোরেম্বম লৈকাই। ৪২। খুরশম ইবোতোম্বী মোইরাংচা, লংথবাল লেপ মথা লৈকাই। ৪৩। খোকচোম ইবোয়াইমা মোইরাংচা, চিংতামখা মাইস্নাম লৈকাই। ৪৪। খুরশম নিপামচা মোইরাংচ, খুরশম থিংজেল। ৪৫। মোই-রাংথেম প্রফুল্লো মোইরাংচা, চিংতামখা ক্ষেত্রি লৈকাই। ৪৬। থা-

হেংবম যাধা লুবাংচা, চিংডাংবা মাইস্নাম লৈকাই। ৪৭। খুমন্থেম মণি খুমনচা, পাউন খুম্নাকপম। ৪৮। মুতুম শেখর মচাংচা, কৈরাংখোইথোং মাইবম লৈকাই। ৪৯। কৈরাংখোংজম মণী মচাংচা লাংগোলবম সাম্নাং পুখ্রি মপাল। ৫০। ওইনাম থোদিয়াচাঁদ খুমনচা, কাংচুপ লমলোংকৈ। ৫১। অরেকপম অচৌবী মচাংচা, কাংচুপ লাইরেংশাঙ্ক। ৫২। থোইবাংখেম তোম্বী থোইবাংচা, উচেকোন। ৫৩। মুতুম ইবোতোম্বী মচাংচা, উচেকোন খুন্নৌ। ৫৪। খুমন্থেম অঙ্গম কুঞ্জ খুমনচা, চিংডাম্বক্ষ তোংখোং লৈকাই। ৫৫। লাইশ্রম তোম্বা খুমনচা, কৈশামথোং লৈমজম লৈকাই। ৫৬। থাংজমযুম শামুচৌ মচাংচা, খুরাই সাইবম লৈকাই। ৫৭। যিং-তোম্বম অচৌ মচাংচ, খাংবন মমাং লৈকাই। ৫৮। তাতোম বীরাবী মাইরাংচা, খাংহৈনবম সিনাম লৈকাই। ৫৯। নাওরেম ভাৰনি মচাংচা, চিংডামথা খংনেম লৈকাই। ৬০। থোইবাংখেম থোইবা থোইবাংচা কাংচুপ লমলোংকৈ। ৬১। নিংথৌজম মন্তৰী মচাংচা, কাংচুপ লমলোংকৈ। ৬২। লাইশ্রম কেশো খুমনচা, কৈ-রাংখোইথোং অইবম লৈরক। ৬৩। লোইতোংবম গোবিন্দ মচাংচা, চনম পুখ্রি। ৬৪। লৌরেম্বম ওবেন মচাংচা, লিবা নিংথৌজম লৈকাই। ৬৫। মাইস্নাম চিংলেন লুবাংচা, কৈরাও বাংখেম। ৬৬। নিংথৌজম বিলচে মচাংচা, লংথবাল কুঞ্জ। ৬৭। লৈশাং-খেম মধু আনবচা, লংথবাল কুঞ্জ। ৬৮। থাংচৌবম জিতেন খুমনচা, শাংতৈবম যথা খোতোম লৈকাই। ৬৯। খোতোম বীর খাবচা, কৈজা লৈতোং। ৭০। লাইশ্রম শ্যামজাই খুমনচা, লিবা নিংথৌজম

লৈকাই। ৭১। রাজকুমার বীরেন্দ্র মচাংচা, চিংতামখা মাংে
(মাইরাম) লৈকাই। ৭২। কোংথায় সেনমণি মোইরাংচা, ৈ
খামথোং হোদাম লৈরক। ৭৩। নিংথৌজম দেবেন মচাংচা, চিং
মখা মাইসনাম লৈকাই। ৭৪। ইরোম সোমোরজিৎ মচাংচা চিং
মখা ইরোম লৈরক। ৭৫। মোংযৈকাম্বম জ্ঞানেশ্বর মচাংচা, চিং
মখা ইরোম লৈরক। ৭৬। ইরোম অমুবা মচাংচা, লংথবাল ম
থোং। ৭৭। মাইসনাম ইবোতোম্বী মুরাংচা, চিংতামখা খু
মাইসনাম লৈকাই। ৭৮। তাইরাংবম বিরেন মচাংচা, শিংজমৈ ম
ময়েংবম লৈকাই। ৭৯। থাইথোন বীজয় মচাংচা, শিংজমৈ ম
থোঙাম লৈকাই। ৮০। কাংজম জ্ঞানকিশর মচাংচা, কৈশাম্প
কাংজম লৈকাই। ৮১। সনসম শান্তিকুমার মচাংচা, চিংতামখ
হুরাম লৈকাই। ৮২। লাইশ্রম তোম্বা খুমনচা, কৈশাম্পাৎ লৈমা
লৈকাই। ৮৩। পুখ্রম্বম একাতোম্বী মোইরাংচা।

ঐ মনাও পিশি ,, ।
ঐ ,, ইবেতোম্বী ,, ।
ঐ ,, কুমারজিৎ ,, ।
ঐ মচা ইপুংতোমচা ,, ।
ঐ ,, থোইবী ,, ।
চিংতামখা মরাই লৈকাই।

অয়াংবা [illegible] মথংগী লাকোংদা লায়েকললে।

# কোংখিবা লাইরিকশিংগী ফংফম ঃ

১। ইবাংবী ওইনম, লাইশ্রম তোম্বা খুমনচা।
( কৈশামপাং লৈমজম লৈকাই )।

২। হৈলাংখোংজম মণী মঙাংচা।
( লক্ষিমী কৈথেল ষ্টোল নং—২০ )।

৩। থাইথোম বিজয় মঙাংচা।
( শিংজমৈ বাটা মনাক দুকান )।

৪। পুখ্রম্বম কুবের মোইলাংচা।
( খামনুরৌ কৈথেল মনাং দুকান )।